# মীনকেতন নৈনবা ৱারেং




নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল

# মীনকেতন নৈনবা ৱারেং

সম্প্যাদক

ডা গোলেম নবচন্দ্র



নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

কৈশামপাং মধুভবন ইম্ফাল,

# Minaketan Neinaba Wareng

( A Collection of Seminar papers )

May, 1997

অহানবা ফোঙবা : মে, ১৯৯৭




ফোঙবা : নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
কৈশামপাং মধু ভবন, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

কপী মশিং : ১০০০

লাইরিক অসিগী ফংফম থোকপা হক :
নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল

মখূম : আর. কে জয়

মমল : লুপা ৩৫.-

নম্বা : শ্রীগৌরাঙ্গা প্রেস
খা-ইম্ফাল কৈশাম লৈকাই ইম্ফাল- ৭৯৫০০১

# মাৰোল খরা

"মীনকেতন নৈনবা ৱারেং" হায়বা লাইরিক অসি জুন ৯ অমসুং ১০, ১৯৯০ ইংদা ফমখিবা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ৩১ শুবা চহীগী মীফমগা মরী লৈননা পাঙথোকখিবা সেমিনারদা পাথোকখিবা চেশিংনি। সমিতিনা শীঙ্খবা মতম মতমগী সেমিনার অমদি সিম্পোসিয়মগী চে-শিংবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবগী পান্দম অমগী মখাদা লাইরিক অসি ফোঙদোকচবনি। সমিতিগী শেলথুমগী ফিবম ফত্তবনা মরম ওইদুনা শাংলবা মতম অসি থৌরাং তৌদুনস্ত পুথোকপা ঙমখিদে। মমাঙগী চহীদা কবিরত্ন হিজম ইরাবত সিংহগী চহী চাম্মা শুবগী মপোক থৌরমগা মরী লৈননা কবিগী "শৈদম শৈরেং" ওইনা পুথোকপা তাখি। মরম অসিনা পুথোকপা ঙমগনি থাজকদ্রবা লাইরিক অসি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং আর্ট এন্দ কলচর বিভাগনা শেলগী তেংবাং পীবিরকুনা সমিতিগী ৫৮ শুবা চহীগী মীফম মে ২৫, ১৯৯৭ ইংদা ফোঙদোকচবা ঙমজবনি। মসিগীদমক সমিতিনা বিভাগ অনীসিদা চাউরবা লমন অমা তোল্লবনি। তৌবিমল খঙবা উংচরি।

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা চত্থজরকপা সাহিত্যগী থবক থৌরম কয়াগী মনুংদা অচৌবা খোঙথাং অমা ওইখিবদি হিংলিবা অইব অনী শ্রীঅশাংবম মীনকেতন অমসুং জি.সি. তোংব্রাগী খুৎইশিংদা সেমিনার পাঙথোকখিবসিনি। হিংলিবা অইবগী খুৎইদা অফ-ফত্ত নৈন-দুনা ফোঙদোকপা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। অদুবু থৌনা অমগা লোয়ননা সমিতিনা শীনখিবা সেমিনারনি। অসিগুম্বা সেমিনারগী

চেশিং অহুনি ওসি মীনকেতনগী নৈনবা ৱারেং ওইনা ফোঙজরিবসি।

অরোয়বদা সমিতিগী ভাইস-প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবিরিবা ডা পোলেম নবচন্দ্র সিংহনা লাইরিক অসিগী অশোয় অঙাম য়েংশিনবিবা অমদি সম্পাদন তৌবগী মথক্তা কবি মীনকেতনগী শন্নপ্পা পুন্সি ৱারী অমা ইবগী থৌদাং লৌবিবগীদমক থাগৎচরি। মথুম য়েকপীরকপা রা. কে. জয়কুমারবুসু তৌবীমন খঙবা উৎচরি। লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গা প্রেসকী ইচিন ইনাও প. ম্নমক অমদি চাউবা ময়াংলম্বম, সমিতিগী জোইন্ত সেক্রেটরীবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা চেশিং অসিবু লাম্লোকপিখিবা ডা আই আর বাবু সিংহ ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র, শ্রীবীরেন অমসু ডা পি. নবচন্দ্রবু সমিতিগী মায়পৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল

মে ৮, ১৯৯৭

রঘু লৈশাংথেম

জেনেরেল সেক্রেটরী

# য়াওফম তাকপা

# ৱাহৌদোক

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা কবিশিংগী ময়ুংদা খুৎথেক্লুনা পাবদা চিংথবা য়াম্রবা মীশক অমদি অশাংবম মীনকেতন সিংহনি। কবি অসি ১৯০৬ মেগী তারিক ২ য়ুমশকৈশা মুমিত্তা পোকই (পুন্সিগী শক্তম—১ লা: ১১)। অপোকপগী মিংনা জীবন, অপোকপীনা মাইবম নিংঙোল ইবেমহল দেবীনি। মুমিৎ ১২ দং ৱাংখৈদা লৈরম্লগা মমাগী মপাম য়াইস্কুল সোগাইজম লৈরক্তা লাক্লুনা মকমচ্ছদা চাউরকখি। মমৈদা উরিপোক পঞ্চায় মনীংদা লৈখি। লমদমসিগী লাইরিক লাইশুতক্তা অমসুং চেকোঙ চাউখৎনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবা অইবনি। মতম শাংনা চহী মীফুমাথোই ওজা ওইরম্লগা মমৈদা য়ুনিভার্সিতীগী পোস্ত গ্রেজুয়েত স্তদিজগী ওজা ওইনা থবক্তগী পোথাখি। অদুবু ফজববু থিবগী অমসুং সাহিত্যগী সাধনাগী লম্বীদদি পোৎথাবা লৈখিদে। লমদমসিগী অইবশিংগী ময়ুংদা মশা হিংলিঙৈদা লৈবাক্তী থন্ন-নৈনবা মীফম (জুন .০, ১৯৯০) পাঙথোক্লুনা অহানবা ওইনা ইকাইথুম্লখিবা কবিসু মীনকেতননি। শৈরেং-ৱারেং সমালোচনানচিংবা সাহিত্যগী মচল কয়াদা খুৎ থারম্বা মরুওইনা বাংলা, সংস্কৃত, হিন্দী ইংরাজী হৈবত্তা নত্তনা মৈতৈগী অরিবা লোনগী মশক নীংখিনা খঙলবা পণ্ডিতনি। অতোপ্পা লোন্দগী হন্দোকপা য়াওনা শহাক্তী ফোঙলবা লাইরিকশিংগী ময়ুংদা —
১) বসন্ত শৈরেং (১৯৪৭), ২) মৈতৈ উপন্যাস (১৯৫০), ৩) মৈতৈ লোঞ্জল (১৯৫১), ৪) মেঘনাদ বধ কাব্য (১৯৬৩), ৫) গীতাঞ্জলি

('৬৪), ৬) 'দ রেপ ওব লুক্রেসী' ('৬৫', ৭) অশৈবগী নিতাইপোদ ('৭৬), ৮) অশৈবগী জয় ভাই ('৭৭), ৯) অশৈবগী শৈরোই ('৭৭), ১০) বিদায় আশিৰ্বাদ ('৭৯), ১১) সনাৱিক পরেং ('৮১) ১২) পুন্সিগী শক্তম ( ১-বা লারোল '৮০, ২শুবা লারোল '৮৩ ) ১৩) শ্ৰীকৃষ্ণ চৈতন্যদেব ('৮৬), ১৪) য়াচঙ শৈরোল খম্মিন তেংথা ('৯৫) মমিং পনবা য়াই।

অইবা অসিনা মণিপুরী সমাজদা মরুওইনা সহিত্যদা তৌরিবা খুদোলসিগীদমক মতোন্দা সহিত্যরত্ন '৭১, মণিপুর স্টেত কলা একাদেমী ফেলোসিপ '৭৪, সহিত্য একাদেমী মনা '৭৭, (অশৈবগী নিতাইপোদকীদমক), পদ্মশ্ৰী '৮৫, যামিনী সুন্দরগুহ গোল্ড মেদল '৮৫, (পুন্সিগী শক্তম – ২শুবা লারোলগীদমক) অসিনচিংবা জাতিগী অমদি রাজ্যগী থাক্তা মশক নাইবা মনা কয়া পীখি। মশাগী চহি ৮৯ শুরকপা ১৯৯৫ গী মার্চকী তাং ৭ তা অইবা অসি তাইবংপান থাদোকখি।

লাইরিক অসেদা নীনকেতনগী তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মচলশিং নৈনবা রারেং পুম্না ৫ য়াওরি। রারেংশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ্পা মফম কন্দুনা লৈরিবা নীনকেতনগী কলাগী খুংশেমশিংদা উৎলিবা মঙুংহুনজিনবা রাখল লোনগী অঙকপা কুম্মৈ নৈননবা হোংনৱি মরুওইনা কবি অসিগী খুৎইদা খুংফোঙদোক, মশাগী ওইবা থোইদোকপা মশক মওংগী মঙাল তারিবশিং, অমদি মতুনা মহাক্কী সাহিত্যগী মমল লেপ্পবা হোৎনবদা

করম্বা থৌদাং লৌরিবগে হায়বতুগী মায়গৈদস্থ পুক্নিং চিংশিন্নবা হোংনরি।

শ্রীবীরেননা হীরমগী মতুংইন্না মীনকেতনগী শৈরেংগী মখল খায়দোক্নুনা মরুওইনা মুংশি-মুংওন লীবা শৈরেংগী মরমদা কৃপশিন্না নৈনবা থেংনৈ। 'অশৈবগী নিতাইপোদকী' শরুক অমা ওইরিবা 'পিয়ে থাদোই'দা খন্না থোইবীগী রারীগী খল নায়ক ওইরিবা, নোংবানবু মরুওইবা কেন্দ্র ওইহন্দুনা কৈগী খায়াত্তা য়াইবী মাঙথবা নোংবানগী থরায়না চেক্লা ওন্দুনা মালেম শীনবা থুংনা থাদোইবু কৌতনা মুংশিবগী কোলোয় শকখিবা, মৃৎনাইদ্রবা মুংশিবগী শক্লোনবু উংনবা হাংনবগী মতাং নৈনৈ। মসিদস্থ নত্তনা কবি মীনকেতনদি ইচম-চম্বা কবি নত্তে, ইমা নীংবা কবিনি হায়দুনা 'অশৈবগী শৈরোই'দগী খুদম পীদুনা অইবনা খঙহন্নবা হোংনরি। মীনকেতনগী সাহিত্যগী থোঙ অসি শাক হেক চঙশিল্লুবা ঙমদে, অরাংবা চাংজাওগুম্না য়েংলগনা তোকনৈ। মরম অদুনা মহাক্কী কলাগী খুৎশেমশিংগী ফজবগী খুবম ফংগে নীংলবদি মরুওইনা লোনগী অপনবা কয়াগা শীংনবা চঙই। মরম অদুনা কবি অসিগী লোনগী মতাংদস্থ শ্রীবীরেনগী মতা মীনকেতনগী মনাক নকনিংদ্রবস্থ মাগী লোন্নি, মাবু চিংখৎলিবস্থ মাগী লোন্নি।

শ্রীলোংজম জয়চন্দ্রনা মীনকেতনগী লোন অমস্থং শৈলীগী মরমদা নৈনরদুনা মীনকেতনদি মীয়ামগী কবি নত্তে, মহাক্কী লোন অমস্থং শৈলী লৌথোকপ্রবদি থোইদোকপা নৈহোদে হায়বসি উংনবা

হোৎনরি। মহাক্কী লোনগী কিশি ময়াম অসি থোকপা হৈত্রবদি শীজিন্নফম খণ্ডদনা খোয়দৌ শাগংলক্কনা তোকপা য়াওই। হীরম কয়াদা খুং থারবস্মু মীনকেতনদি মুংশিবগী কবিনি। 'অশৈবগী নিতাইপোদ', 'অশৈবগী শৈরোই', 'অশৈবগী জয় ভাই' মুংশিবগী য়ুম্ফমদা শাগংপনি। কবিনা মীওইবগী পুন্সিবু অরাবনি থাজে। অতুমওইনমক পুন্সিগী অরাবা অমসুং অশিবস্মু মরুপ ওইনা লৌই।

মীনকেতননা 'মেঘনাদ বধ কাব্য' 'গীতাঞ্জলি', অমসুং 'দ রেপ ওফ লুক্রেসী' অনুবাদ (রূপান্তর) তৌরম্মী। অইবশিংগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক খণ্ডহন্নবা মওং লৈজরবস্মু মীনকেতনগীদি মহাক্না অনুবাদপু পারুবদা ওরিজিনেল অদুগী মশক মওং মতৌ পাবনি হায়না খলহনবগী মহুত্তা মীনকেতনগী মশাগী ওইবা মই অমা পাম্নিবনি হায়না অপাবশিংদা ফাওহল্লি। মশানা ফজ্জরবা থম্বালবু মতৌ তমদুনা ফজনা পুথোক্লবস্মু মুংশিবা লৈনমদি য়াওহনবা ঙমদবগুম ওরিজিনেল ওইবা শৈরেংগী লৈনমদি নীংথিনা রাংলি হায়না ডা আই.আর বাবুনা 'মীনকেতনগী অনুবাদ সাহিত্য' গী মরমদা নৈনরি।

ডা নোংমাইথেম তোম্বীনা মহাক্কী রারেং 'মীনকেতনগী রারেং সাহিত্য' দা কবি অসিগী রাখল অমসুং ফিদমগী মরমদা মরুওইবা রাফম কয়া পুথোরকই। মীনকেতনগী রাখল মীংয়েংদি ভারত অমসুং মণিপুরগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অরিবা চৎনপরাংগী ঈচেল অনীগী ঈতিন্নবদগী থোরকপনি। মরম অদুনা মীনকেতনগী সাহিত্যগী তাইবংদা খোঙ থাংজিনবদি অচৌবা কিলা অমগী মমুত্তদা

চঙবগুম্বনি মহাক্না পুন্সিবু ত্তাণিবা, শাউনিংবা উত্তে, অরাংবা রাখল-ফিদম, ইতিহাস-পুরাণদা য়াওরিবা মমল লৈনা লৌরিবা ফজবশিং পুথোক্তুনা উংনবা হোংনবনা মপ্‌ং ওই। মরমদম অমস্তুং মমারোলবু চেংনা স্নুংশিজবা কবি অসি রোমান্টিক ওইরবস্তু খুাইরাকপম চাউবগুম্না পাউত্তাক পীগন্দে ; রারী লীবগী কলাদা থোইদোক্না হৈশিংই। কবি অসিগী রারেংশিংবু — 'নেরেতিভ এসে', 'ক্রিতিকেল এসে', অমস্তুং 'পুন্সি রারী' হায়না অহুম থোক্না থায়-দোক্তুনা থম্নবা হোংনৈ মণিপুরীদা পুন্সি রারীগী সাহিত্যগী মচৎশিংগী মরক্তা তাঙলবা খুদোল ওইরিবা 'পুন্সিগী শক্তম' গী ফজবশিংগা লোয়ননা অইবগী পুন্সিদা ঙা-থেংনুনা উংলিবা সমাজগী থৌদোকশিংদা অইবগী পুন্সিগা শম্ননা চংপা ভমদবগী অমস্তুং থৌদোক্কী মথং-মনাও পরীং উংপদা (ক্রোনোলোজিকল প্রজেন্তেসন) অহোবা লৈবগী ইঙ্গিংস্ অইবসিনা মাগী রারেংসিদা উংনবা হোংনরি: শম্না হায়রবদা, মণিপুরী রারেংদা লোনগী মকে শেমত্নুনা লিরিকেল ওইবা কাব্যগী মনম চেল্লবা রারেংগী মশক অমা মীনকেতননা শাগৎনবা হোংনরম্মী।

মৈতৈলোনবু মনীং তৌনা মতৌং লৈনা শীজিন্নবদা মীনকেতনগী মনাক নকল্‌গদসা মণিপুরী অইবা হৌজিক ফাওবদা থোরক্রি হায়বা য়াই। মহাক্কী 'মৈতৈ উপন্যাস' সাহিত্য নৈনবগী মণিপুরীগী অহানবা লাইরিক্নি। লিতররী ক্রিতিসিজমবু মহাক্না 'খোরিরোল মুঙ্গোইবা' কৌনিংলম্মী। মীনকেতন্না উপন্যাস নৈনবদা, হীরম লোন, মিংথোল, চরিত্রনচিংবা মরুওইবা মচাক ৭ লৌথংলম্মী।

অদুবু হেন্না পুক্নিং চিংশিন্নিঙাই ওইরিবদি মিংথোল, অমসুং চরিত্র নৈনবগী রারোল অসিনি। উপন্যাসশিং অসিগী থাক লেপ্লকপগী মতাঙদদি মীনকেতননা মশাগী অপাম পামদনা নমতুনা চিংখিতুনা কলাগী খুংশেমশিংদা সবজেক্তিভ ভাইওলেন্স থোকহল্লকুবগী মরম ওইহল্লকই। অদুম ওইনমক মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচনাগী লমদা মীনকেতনগী মফমদি লেঙদনা লৈরগনি হায়বসি 'মীনকেতনগী সমালোচনা সাহিত্য' হায়। অরোইবা রারেং অসিদা ডা পি. নবচন্দ্রনা উংনবা হোৎনরি।

সাহিত্য অমসুং পুন্সিদি মপান্নাইদবনি. মপান্নাইদবগী পংথৈবু কনানা হায়বা ঙমগনি। মীনকেতন্না 'পুন্সিগী শক্তম'বু মশামক্না য়েক্লবা হোৎনখি, মপূংফাবদি ঙমখিদে। অদুম ওইনমক সমিতিনা পুথোকচরিবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা রারেংশিং অসিনা মীনকেতনগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যগী মশক লাক্লবা হোৎনবদা মঙাল মশেক থরদং পীবা ঙম্লবদি হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে লৌজগনি

ইম্ফাল,

মে, ১৭, ১৯৯৭.

ডা পোলেম নবচন্দ্র
সম্পাদক

# কবি মীনকেতনগী শৈরেং

শ্রী বীরেন

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ মণিপুরী সাহিত্যগী রিস্থাসেন্স মতমগী লময়ানবশিংগী মমুংদা অমনি। তৌবদবু চৎমিন্নরিবা খোঙবুশিংগী মরক্তা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকা মখোয় অনী নহা ইওই ওইনা ইনবনি হিজম অঙাংহল ইং কুমজা ১৮৯২ দা, খ্বাইরাকপম চাওবা ইং কুমজা ১৮৯৬ তা, হরাইবম নবদ্বিপচন্দ্র ইং কুমজা ১৮৯৭ তা, ডাঃ কমল ইং কুমজা ১৮৯৯দা পোকখিবনি; অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ ইং কুমজা ১৯০৭ তা অমসুং মীনকেতন ইং কুমজা ১৯০৬ তা পোকপনি। নাউরোন অমা অনিদি হনবা ঙাক্কনি। অদুবু নহা ওইজরবসু মমারোলগী অরা-অনং কোঙ্গাইমা মায়োক্ন য়ারক্লবনি। শ্রীমীনকেতন মমারোল অমসুং মজাতিগী অরিবা সংস্কৃতিবু সুংশিনা লুনা নীংজবা, মজাতিগী অরিবা শৈরেংগী পরম্পরাদা খোঙকম চেংনা লেপ্তুনা ইবা অচৌবা কবি অমনি। হৌজিক্তদি শ্রীমীনকেতনদি মণিপুরী সাহিত্যদা অরাংবা চীংজাও অমসুং অশুকপা উমংগুম্বনি। শুকপ্রে, রাংপ্রে ঐখোয়না শোক্লুবা ঙমপোৎ নত্তে হায়না থাপ্লপ্লা মশক উবতদা চঙলুবা তন্দুনা খ্যাঙ মেৎতুনা ম্লেংলগতা তোক্লবনি; অশেংনমক, শ্রীমীনকেতনগী খুংইনা, অহানবা থেংনবা মীপুম খুদিংদা

অমুক্তুং কাওথোরকপদি শোয়দ্রবনি; কাওথোরকপচুদা ঐখোয়না হন্দোক্ত না তোক্লবদি লোইরে অদুম ; মতুগী মহুৎতা কাওথোরকপচু মায়োক্লচুনা মাগী ফজবগী থোঙ অসিদদি হাংদোক্কে থনচুনা, থরদং হোৎনচুনা চঙশিনবা ওমথ্রবদি মাগী লোলগী ফজবা রস চুপ্পা ওমগনি, মাগী লোলগী তোপ তোপ্পা ফজবা মথক্ত অমদি শোয়দনা থেংনগনি। লুরিবদি থোঙ হাংবা অসিনি । অদুবু হোৎনরগা ওমলোইদবদি নৈতে।

চহী ৮৪ মুক শাংনা পুন্সিরকপা অসিদা মখল মথেলগী লাইরিক চাউরাক্লা ২১ মুক ফোঙলে। মসিগী মনুংদা শৈরেংগী লাইরিক ৬ য়াওরি—'বসন্ত শৈরেং', 'অশৈগী নিতাইপোদ' (১৯৭৫), 'অশৈবগী শৈরোই' (১৯৭৭), 'অশৈবগী জয়ভাই' (১৯৭৮), 'বিদায় আশীর্ব্বাদ' ( ১৯৭৯ ), 'সনরিক পরেং' (১৯৮১)। মসিগী মথক্তা 'শৈরেং খুজোক' কৌবা অমসু খুৎই ওইরিবৈদা মাঙখিবগী রা থেংনৈ।

'বসন্ত শৈরেং' (শৈরেং ৬৭ য়াওবা) লোল অসিগী লাইরিক তাঙলিবৈদা ইন্টরমেদিয়েট ক্লাসকী টেক্সবুক ওইরম্বনি; অইবগী মিংসু মীনকেতন কোৎরমদে, তোম্বী সিংহ হায়না ইরম্মী ; বাংলা ময়েকী টাইপ তৌরগা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা ফোঙবনি। কবি মশানা ইবা রারেং অমদা 'বসন্ত শৈরেং' অসি "গীতাঞ্জলিগী মঙালদা পোকখিবনি - পোকপনি" ১ হায়না কবি মশানা হায়জে। মতমচুগী অইবশিংনা য়াম্না তোয়না ইনখিবা য়াকায়রোল শকপা অমদি ঈশ্বরগা তাইবঙপানগা নৈনরিবা মরী উৎতুনা মপু মঙোন্দা হায়জবা

অসিনা মপুংনি। লোলদি য়াম্না চম্মী : অদুবু কবিনা অকোনবা কম্না শীজিন্নরিবা খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা লোলগী মশকসিমদি অদুম মম্মি লাইরিকসিদা তম্নমলবনি। মতাংসিদা হায়জনীংবা অমনা, ঐখোয়না মাগী অইবশিং পাবদা লোলগী মতাংদা য়াম্না চেকশিন-বিগদবনি ; নত্রবদি খুদোংথিবা নংগনি। মরমদি মাদি ঐখোয় খ্বাইনা ভাঙনরিবা রাহৈসি, ঐখোয় খ্বাইনা খঙনরিবা অর্থদা শীজিন্নদনা, মশা মরুনাইগী অর্থ অমদা হেক্তা শীজিন্নৈ। খুদম অমতং পীজগে—"শকথৈ শৈরোই পরিং অদুম হান্নই মতম" ( অশৈবগী শৈরোই ; লা : ১১ ) অসিদা য়াওন্নিবা 'মতম' হায়বা রাহৈসিগী অর্থসি ঐখোয় খ্বাইনা খঙনন্নিবদু নত্তে ; মফমসিদা কবিনা পুন্নিবা অর্থদি—'মতৌগুম' হায়বসিনি। অদুনা "শকথৈ শৈরোই পরিং অদুম হান্নই মতৌগুম" হায়বা অর্থদা পুগনি।

এলেজি মথলগী শৈরেং, মরৈবাক মুংশিবা ফোঙদোক্লনা ইবা শৈরেং, নোংদোলথক্কী মঙালবু কৌথদুনা মালেমসিদা খোঙদাবিরক্লবা য়াকৈ পরেংগী শৈরেংশিং, পাউতাক পীদুনা তুংগী মীয়োলদা লমজীং ওইবা য়াবা শৈরেংশিং, মুপী ওইবীগী মরমদা ইবা শৈরেংশিং, মুপী মুপাগী মুংশি-মুংঙোলগী রারী লীবা শৈরেংশিং অসিনচিংবদা কবিনা খুৎ থাই। তেংথা পরেং (এলেজি) দা পুন্না শৈরেং তরানি। মসিগী মনুংদা লৈবাক্কী মী ওইবা, খুন্নাইদা মশক নাইবা মীওইনা তাইবং থাদোকখিবদা তেংথাদুনা ইবা অমমুং কবি মশাগী মরূপ মপাং, মন্নী মতানা লৈখিদবদা তেংথাদুনা ইবা মথল অনী খোন্না চৎলি। ডা : কমল লৈতবদা

খ্, ইরাকপম চাউবা লৈতবগী মংগূম্বদা, গবর্নর আকবর হায়দরিগী মংগূম্বদা, প্রধান মন্ত্রি জৱাহরলাল লৈতবদা—মসি লৈবাক্কী মী ওইবশিংনা লৈতবদা ইবনি। স্বর্গগী অশেংবা মণ্ডালবু কৌথদুনা মালেমদা খোঙদাবীনবা হায়জবা শৈরেংসিদা য়াকৈ পরেংদগী অনীথক্তং পন্নীংই—'নোংগূমলকখোদা', 'ঈচাউনি অমা'। 'নোংগূমলকখোদা' হায়বা শৈরেংদা অশৈবা পুন্নমক্কী মকোক 'য়াম্বা অশৈবা' অমবু য়াকায়হন্দুনা মণিপুরগী ফজবা নীংথিবা ময়ামসি শৈথাদুনা ইরখো হায়না কৌথবা শৈরেংনি। মসিগা লোয়ননা, মরোয় মনাও ওইরবা মৈত্রবাক্কী তুংগী অশৈবশিংবু লমজিং লমতাকপিনবা হায়জবনি। মতেক অমতং য়েংসি:

য়াম্বা অশৈবা  
চৈজ্জীং খুমাবা  
নোংগূমনিঙায় ওইদবরা  
নোংগূম্লকখোদা।

হাদ সনাপুঁঙয়োল  
পলেম মুংশিকোলোয়মু  
তেংথানিঙায় ওইদবরা  
তেংথারখোদা!

( সনরিক পরেং ; লা: ৯২ )

'ঈচাউনি অমা' হায়বা শৈরেং অসি "লাইরৈবাক্কী নীংথিবা ফজবগী ঈথৈমা" তাঈবঙপানবা অমসুং মীওইবগী থম্মোয় অনীমক্তা তুনা লাকপা মীকুপ্পুগী শৈরেংনি। 'জগৎ পোকপী ইমানা, থৌজালবিগে মালেম লৈদা নোংগূম্লকপগী ইচাউ অমনি। পূজিসি

ধর্ম আধর্ম' অনীগী লেপ্পা নাইদবা লানফম্মি ; মসিদা যোগ অহুম -জ্ঞান, কর্ম অমসুং ভক্তি অসি কাউদনা ত্যাগষজ্ঞদা কংকদবনি । অসিগুম্না ঈচাউ অসি "কনাগীবু ওইগবা, ওইরুগবা কনাগী ইমাগীনি ইমাগী জগৎ পোকপী ইমাগী ।" (সনরিক পরেং ; লাঃ ১১৩)

মশাগী চহী য়ামশিল্লকপসিনা তাইবঙ মপোক লোইশিল্লক্রে, মালেমসিদগী খোঙশাল্লমদাই য়ৌরক্রে হায়বগী লাঙতক্রৈ কবিগী থম্মোয় । অসিগুম্বা 'য়াচঙলবা পুন্সি' দা মুপী ওইবী পুম্নমক্তা লোম্না থুপ্না য়াওরিবশিং করিনো খঙবা ঙমদবসি কেকু লোৎপী শান্নবগুম থোকই কবিদা । "প্রেম ভক্তি" অনীতূনা য়াওরিবতু উরুরগা মুপীদা পলেম ইমা ওইবগী মগুন য়াওরি ; অতুনা কবিনা হায়রি—

মুংশিদা ইমোম পলেম শকপি মুংশিবি,
ইমানি ইমা মানি নংদি মুংশিবি ।
(সনরিক পরেং ; লাঃ ৪

মুপী পুম্নমক্তা মমা ওইবীগী শরুক অমা মতম পুম্বদা ইয়াওদা য়াওরি । মচামুপী ওইবগী মশক্না মমা ওইবগী মশক্না অমত্তা ওইখিতুনা অপূনবা মূর্তি অমা উরকই ।

মতাং অমদা, হৌজিক হৌজিক তৌনরিবা ওইরিবা সমাজগী শকমসি উরুরগা কবিনা থম্মোয় শোক্না তেংথাই—

লোইরে ইমা, কংলৈপুং
লোইরে ইমা কংলৈপুং

নঙ্গী কংলৈ সনাপুং
( সনরিক পরেং, লা: ১২৭ )

অহুগা মমা পাস্থোইবীদা শিন্নজৈ-শেমজিন্নীংলগা শেমজিনবীরো, শীদোক্লগে হায়রবস্থু শীদোকপীরো রাহোং জগোয় শাগেরা, পানবা কৈ ওন্দুনা চেগপ চোংগেরা ননীং তৌরো হায়রি। অনৌবা চার লিংনবা পুন্নমক উং ওন্না চাকংথক্লো, থক-খা ওল্লো, অকিবা খোঙথাংদা চোংলো। (সনরিক পরেং লা: ১১৪ —১২৮)

'বিদায় অশীর্ব্বাদ' হায়রিবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংসিদি অয়াম্বনা কবিনা চহী য়াম্না শাংনা পুস্নিরকপসিদা থেংনরকপা, তানশিল্লকপা, লৌশিং ময়ামথু তুংগী মীরোলনা খঙজহৌনবা আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা পীরমগে ইবনি। পুন্না পত্রিকা ১৮ না শাবনি। ডিড্যাকতিক পোইমসনা অয়াম্বনি। তাইবংপান্দগী হল্লগনি খল্লুবদা কবিগী থম্মোয়দা ফাওরকপা হক্লবা মপাউথোল তাবা ফংই—"পুনশি কোরৌ তন্নে য়াচঙ হুল্লে চৌংগী পল্লোল,/পোম্বী থরায় য়েংলে হনগে তাঙ্খোরবা মকোল/খোয়জংদরে হয়াউ তয়াম তাইবংকোনগী অমুক, /খাঙলে রানা পাইনীংবনা শাগন তুফাং তন মুক।" ( বিদায় আশীর্ব্বাদ ; লা ৩ )

হনখিগদবা মফমতুগী রাখলদা খোয়রাংখিবনা সংসারসিগী করিগুম্বা থৌরম অমত্তদা কবিনা অপাম্বা পোক্তে ; মমাগী খোম্নাং উম্না উম্না মমাগী তম্পাক্তা পোখারুবা পাম্নে।

মুংশি মুংঙোলগী রারী লীবনা মপুঙ ওইবা 'পিয়েথাদোই' অমসুং 'মুশি রাখৈবা' কৌবা শৈরেং অনী "অশৈবগী নিতাইপোদ"

হায়বা লাইব্রিক্তা য়াওরি। "পিয়েথাদোই' দি ঐখোয়গী মহাকাব্যনি হায়না লৌজরিবা খম্ব-থোইবীগী রারীদা য়ুমকম ওইরগা লোইরকপগী শরুক-খোইরেম্বাকী লময়াইদা কৈফাঙৈদা নোংবান্না কৈগী খয়াংতা শিরবদা, নোংবানগী থরায়না খোইবীগী মুংশিবা কোকঙমদহুনা পি থাদোই ওন্দুনা মালেম থ্ংনা পাই পাইহুনা মাগী মুংশিবগী শেংলবা মপাউখোল তল্লি। হান্নদগী অশৈবশিংনা পেনাদা, খোলোক্তা শরুরকপা, ঐখোয়গী কবি হিজম অঙাংহলনা পুখোক্লিবা "খম্ব-থোইবী শৈরেং" দা য়েক্লিবা, শুমাং লীলা মোইরাং পর্ব্বদা উৎলিবা নোংবানগী শক্তমসিদি কয়া জুগোৎ চাদে। ইকায়বা খঙদবা মীচোপ, পাঙদবা. পুকচেপ পিকপা, লেমজদবা মশক্তি। অশৈবশিংসিগী রাহৈদা হায়বা তারবদা—"য়েন কাঙক্রম মফোন থোক, খৈনা য়াংকোক শেগায়বা" হায়রিবনি। অহুবু রারীসি মুম্না খম্বরুরবদি অশৈবশিংসিগী নোংবালগী শক্তমসিদি অহোংবা লৈ। নোংবান ইচম চম্বা মীওই অমা নত্তে; হেরোগী থাক্তা লৈরিবা খম্বগী চপ চাবা লাম্বা ওইনা খম্বগী মায়েক্তা খোঙকম চেৎনা লেপ্লিবনি। তাবদবুদি পঙমুং মমুংঙাইনা থোক্লবসু অসুম্না য়েকপসিনা খম্বগী থাক য়ৌনা কাখৎলকপা ঙমদনা থোকই। খম্বা থোরক্রিঙৈদদি লমজেনদা, মুরাদা, কাঙজৈদা নোংবান্না মকোক্তা ওইরমলিবনি; মমান্নবা কনানসু মাবু খোইবা ঙম্নমদ্রিবনি। অসিগুম্বা নিপা অমবু জোকরগী মওংদা য়েকপসিদি লৌবা য়াবা মরম লৈত্তে, অশোয়বা নত্তনা। মসিদা কবি মীনকেতন্না মাগী শৈরেং 'পিয়ে থাদোই' দা নোংবান্দা মুংশিবা হাপ্তুনা অরাংবা থাক্তা পুখৎলকপনি। তৌবদি, কবিসিগী

মমাঙদা ঐখোয়গী কবি চাউবনা মাগী শৈরেং 'পি থাদোই' কৌবদা নোংবানগী মুংশিববু হ্নাংনা থাঙ্গৎলম্লবনি—

খঙলে চেক্লা খঙজরে
প্রকৃতিনা থারকপনি নঙসে
তম্বিনবা বিশ্ব প্রেম।

( পি থাদোই )

নোংবানগী থরায়না ওনখিবনি হায়রিবা পি থাদোইবু বিশ্ব প্রেম তম্বিনবা লাকপনি হায়রী। অসিগুম্বা নোংবানগী মশক কবি মীনকেতন্না অমুক মপুঙ মরৈ কাহন্দুনা পাকথোক চাওথোকহনবনি। পেনাগী অশৈবশিংগী, ধোলোকী অশৈবশিংগী, শুমাং লীলা মোইরাং পর্ব্বগী অমসুং কবি অঙাংহলগী নোংবানগী ঐখোয় খ্বাই পুম্বগী থম্মোয়দা য়েক্লিবা শক্তমসিদগীদি কবি মীনকেতনগী নোংবানগী মশক অসিনা পুমতোপ্ তোপ্পনি। মরম কয়াদা হোজরবসু ট্রেডিসনেল নোংবানগী চৰিত্র অসিদি ঐখোয় খ্বাইগীনি; ঐখোয়গী থম্মোয়দা মরা তানা কোকপা ঙমদনা চুথ্রবনি। মতাংসি ঐখোয়গী সাহিত্যদা কন্ট্রোভর্সি ওইনা লৈরি। হ্নাকম অমনা, নোংবানগী চরিত্র য়েকপদা অহোবা খরা লৈজরবসু ঐখোয়গী অশৈবশিংনা তৌরম্লিবসি ইচম চম্বা, ইতাউ তাউবা পোংতি নত্তে মুংশিবগী মতাংদদি। মুংগী ওইবা অধ্যাত্মিকী ওইবা লুরবা হ্নাকম কয়া য়াওরিবনি। খম্বা-নোংবান অনীগী লাম্জি ধর্ম্ম অধর্ম্মগী লাম্লি; পাপ পুন্য অনীগী থেংগাইনবনি। শেংলবা থরায় অনীগী লুরবা মরী উৎপনি। থরায় অমনা থরায় অমবু ঈথৌ লাংজবনি।

নোংবানস্থ পোলোইদা মশাগী কর্মগী মহয় চাজবনি। অদুনা অনৌবা নোংবানগী মশক অসি মী অমখক্তগী হায়বদি কবি মীনকেতনগী মরনাই রা ওইদুনা লৈরি; অদুগা হায়গী শকম অদুনা জাতিসিগী মীওই পুম্নমকী ওইদুনা লৈরি।

অচুম অরাননি মতম্না পুজরক্কদবদি। অদুবু কবি মীনতেকনগী নোংবানগী থরায়না পল্লিবা পি থাদোই কৌবী চেক্লাসিদি ইচম চম্বা নত্তে: মশাগী মপোক লাংভোন ফজনা খঙবা ঙম্বী উচেক্নি—

"মহাকথংনি ঐহাক্না চেক্লা ওইনা পোক্লকপা মঙ্গুংলাংনি ঐহাক্না মালেম থুংনা কোয়রিবা/চেক্লা ইপোক য়ামলক্লে মুংশি মাস্থ মমখরে,/ থম্মোয় মানা অদুবু কাউশি কৌবা মঙমদ্রে।"

( পিয়ে থাদোই, অশৈবগী নিতাইপোদ ; লা : ১ )

নোংবান্না লানখিবা, লঙখিবা পুম্নমক থোইবী মুংশিক্লবদগীনি। "মুংশিমৈনা কাশিল্লকখি। লানখরেদো কয়া।" ( পিয়ে থাদোই, অশৈবগী নিতাইপোদ ; লা : ১১ ) হায়না কৈনা শোক্লবা নোংবান্না খম্বদা থম্মোয়গী মপাউখোল তম্লি। নোংবান্না কদায় য়ৌনা থোইবীবু নীংবগে হায়বদু মখাদা পৌরিবা মতেকসিনা তাকই—

কৈমায় য়েংই থাদোই-ভাক ঈমায় য়েংই থাদোই-ভাক
চীংমায় য়েংউই থাদোই-ভাক লোক্মাই য়েংউই থাদোই-ভাক
থাদোই চাম্মা চাম্মনি থাদোই লিশিং লিশিংনি,
থাদোই লখা লখানি থাদোই কোটি কোটিনি।

( পিয়ে থাদোই, অশৈবগী নিতাইপোদ ; লা : ২১ )

প্রেমগী অয়োবীনি নীংজবা খম থেংবীনি।

অতোপ্পা অমনা 'মুংশি ৱাখৈবা' কৌবা পরেং ১৬০০ লোম চৎপা মুংশি মুংঙোনগী ৱারী লীবা কাবা অমনি। পোঙ্গেন নিংথৌ মুংয়াম্বগী মমোম ইতিবেনগা পোঙ্গেনদা শৈদাংহনা লৈবা চলাম্বগা মুংশিনবা অমদি কায়না মৈশা লাংহনা অৱা পোলোইনবা ৱারীনি। মহাকাব্যগী থাকমক য়ৌদ্রবসু, কবিনা ৱাংনা থাংগৎনবা আশা চাউনা হোৎনবা খুৎইনি। মুপী মুপা অনীগী মরক্তা লৈরিবা মুংশিবগী য়েকপগী লোইবা নাইদ্রবা মশক, হংবগী লোইবা নাইদ্রবা ৱাহং, খুম্বগী পেনবা নাইদ্রবা পাউখুম, মীওইবনা হেক খঙলকপদগী লীনবদা লোইবা লৈত্রবা, তাবগীসু চোকখদ্রবা মুংশি মুংঙোনগী ৱারী অমা অমুক নৌহৌননা কবি মীনকেতন্না ইথোক্লকপনি।

শৈরেং অনী অসি নত্তবা মুংশি মুংঙোন লীবা শৈরেং অমগসু লৈরি 'অশৈবগী জয়ভাই।' প্রেমকাব্য অহুমসিদা হেন্না মপুং মরৈ ফাবা, হেন্না মরীক চূম্বদি অকোনবগী 'অশৈবগী জয় ভাই' অসিনি। মুংশি-মুংঙোনগী ৱানা লমায় ১৫৫ চৎলি। নোংমা জৱাহৱালাল নেহরু মণিপুর দান্স একাডমিদা রাজকুমার শ্রীপ্রীয়োগোপাল সান্না পানখৎপা 'মংশৎ' কৌবা বেলে অমা য়েংলুবদগী ইখিবনি হায়। শৈরেংগী মমিংদি 'নোংজাই ঈচিকজুম্মদা' হায়না কৌই। ৱারীদি ঐথোয়দা নৌনা থোক্রুবা, খৃষ্টাব্দ ১৬৬৬ তগী ১৬৯৭ ফাওবা ইরমদমসিদা পানখিবা নিংথৌ পাইখোম্বগী পুন্সি ৱারীদা য়ুক্ষম ওইহনা মৱাম নিংঙোল ইঙালৈগা মুংশিনবগী ৱারীনি। মসিদা মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বগী মরীন খাবা, মরীল লৈবা, মথৌনা ফাবা,

মথৌনা লৈবা, রাশক চেৎপা অহুগা মুপী ওইবীগী থম্মোয় – প্রেমদা কৎপা, প্রেমদা লোইবা, থরায় হুকচাং তূনা কৎপা, প্রেম মাগী মশুংলাং মুপীনা মুপাগীদমক কদায় ফাওবা তৌবা ওয়গে হায়বহু উৎতুনা মুপীগী ওক্লবা থম্মোয় অমদি মুপী মুপাগী ওক্লবা মরী ময়েক শেংনা য়েক্লি। মমা মপাগী মফমদা শিংফম থোকপা লমন শিংলমদবগী ১দি তাক্লমদবগী মমা মপাদা লওজবগী চৈরাক্লা পুন্সি পিথমনখিবা কাউওমদ্রবা লাইয়েক অমনি। মথকী মুংশি মুংঙোল লীবা লাইরিক অনীহুগা য়েংনরুবদি অকোনবগীসিদি থরায় পাল্লিবা অহীংবা খুৎইনি হায়নিংই ; মথকী অনীহুমদি থরায় য়াওদ্রবা উকংশুম থোকই।

সিদগীদি থরা হেন্না লুবা মতাং য়ৌরক্লে। তাইবং মপোক পুম্বা মতমগী মমাঙদা খাঙবা মঙদে – "কমগনিদো লৈমন চল মতম মানা তম্না শীং/লৈশাংতবু তম্নবা লৈরোই পাউজেল ফংনৈদো/"লৈচু ওল্লো লৈরাংশা !" "মতম মানা চৈথাইদো/শীংঙেল মানা হেনজবা নোংমতনি নোংমতা/ওমজদেদো করিম্নুং লৈথজবা নোংমতা !" অসিগুম্বা তমথীনা চৈরাক কল্লবা মতমগী শক্তিসি ফজবগী মফমদদি করিস্নু মপাঙ্গল য়াওদে ; হায়রি কবিনা –

'হুবু নঙ্গী কাদদি মায়থী ফিরুক থুম্মেদো তৌওমদবা লৈত্রবা তমথিরবা মতমদো ! (অশৈবগী শৈরোই ; লাঃ ২৭)

মতম্মা ফাওবা মায়থীরবা কবিগী মতালোয়গী ফজবা মফজা অসি য়েংলু য়েংলুরগা কবিগী থম্মোয়দা কবিগী থম্মোয়দা মাগা তালোয়নরিবা মুজাসিবু কনানো রাহং অসি থোক্লকই। রাহংসিগী

পাউখুমদা শৈরেংগী অরোইবদা মতালোয়গী মশক্তা পলেমগী চেংলৌ য়াওরম্বা থেংনৈ কবিনা ; অদুনা শক্তি—

"মিংখৈয়াম্বী নমা ঐনি খঙজৌ মিংখৈ'নীদং,
মিংখৈ'মনা কৌই ইমা অমুক'মনা তালোয় ।
(অশৈবগী শৈরোই : লাঃ ৩১)

অসিগুম্বী অমুক্তা ইমা ওইবী অমুক্তা তালোয় ওইবী মুপীসি 'নঙসে মুপী ইমানি ইমা' হায়বা শৈরেংসিদা কবিনা মুপীবু কনানো করিনো হায়বসিদা মীৎয়েং অমা লৌরি। ভারতকী দর্শনদা প্রকৃতি, শক্তি নত্রগা মায়া হায়রগা খঙনরিবা মগুনশিংদু মুপীদা য়াওরম্বা কবিগী মুংগী মিৎক্ময় উরি। মুপীবু কনানো থিবদা কবিনা ফংলি—

ইমানি ইমা
ইমানি ইমা !
মানি নংসে মুপি
মপু মাগী মঙলাল,
মঙলাল মশামক
তাইবংদা থোকপা লুগীতোংগী হকচাং
(অশৈবগী শৈরোই ; লাঃ ৩২)

মপু মানা এহেলোঁৈঙদা য়াওন তমগে থোরাংঙৈদা, মালেম লৈশেমগে হায়না হিরি কোনবদা—

খাঙহৈবগী খাঙহৈ
পূহৈবগী পীহৈ
থাহৈবগী থাহৈ

পীহৈবগী পীহৈ
য়োয়হৈবগী য়োয়হৈ
নোক্কৈবগী নোক্কৈ
মপু মাগী থম্মোইগী শুণ
(অশৈবগী শৈরোই , লাঃ ৩৫-৩৬)

শুণ তুম্বগী মচি ওইবা মখৈ হাপ হাণুনা তাখোকখিবনি মুপীবু ।
কবিনা হায়রী—

মুপি, পোকখিবনি নহাকসে এহেল্লৌ ইম্মুং ঙানবদা ,
নত্তে
ঙানখিবনি ঈম্মুংদো মুজা নংনা হেনবদা !
শানৌ নঙ্গী শউম ফং পুক্লিং তুজুং হেদৌকা
তমখিবনি মতম্মা য়াওল খোঙফম নৌহৌন ;
পোকখিবনি মুমিথা !
মুরা নশেক নঙাম্না খোকখিবনি' তিয়াদা
থরাম্মিচাক পরেং পরেং—
লেংখিবনি মণি পরেং
তগুপ তগুপ তরেং তরেং !
মোম্ম্ নচু নমেম্না
লৈরম শুনা লৈশাং তম শাংখিবনি লৈরাংশিং
হৈরম শুনা হৈপাল তম পানখিবনি হৈরাংশিং ?
মুমু নঙ্গী সোরনা
য়েনখিবনি লৈরাংদা,
হাপখিবনি হৈরাংদা

হৈনম লৈমন মুংশিবা !
নত্থু কাইনা লিশিংনা ওইখিবনি মালেমদা
তলা পামেল পরেং পরেং
হেঞ্জরিবা চাউদম ৱাংদম.

তলা মাগী উকা য়াল নৌজরিবা উরীশিং !
নঙ্গী খোল্লৈ খোম্থাংনা পোকখিবনি উকোম্নুং
হরাউখোল্লোয় শৈশকপা চেক্লা কোন্দা চেক্লাশিং ।
নঙ্গী শাওং শাথেক্লা থোকখিবনি চীঙ্গোম্নুং
হেদৌ হেরাউ খৌশাবা য়ারোকোন্দা য়ারোশিং !
নঙ্গী হুমাং মরীক্লা ওইখিবনি—

কৌজেং কৌয়া মালংপাল, লাইজকোলগী লেম্লৈশিং !
পোকখিবনি নৱাক্লা লেংই-পাল্লি অপুম্বা,
অচৌ, পিশক খিবিক্লা অচচ্চত্তা লোইনবা !

(অশৈবগী শৈরোই ; লাঃ ৩৮)

শাক্ত সাহিত্যদ শক্তি (Energy) গী তৌবা ভন্না মগুনশিং থারিবত্থু মসিদা য়াওরি "Nocreation is possible without Sakti" হায়বসি নীংশিংজরি । অসিগুম্বী শক্তিগী মগুন্না মালেমসিদা মুপী ওইনা শকপুনত্থুনা খোঙদারকপনি ।

কংলৈপুংদা তম্না কুম লুগী তো^গী হকচাংদা
পলেম চান্ম শায়োন তৌ যুগ যুগ খুদিংদা
পারি নামোম খোম্লাং ইন কংলৈ থোঙজীল য়েনা য়ৈ

ভানখিবনি মুপি নং নমু তাইবং মীয়াকোল ।

(অশৈবগী শৈরোই, লাঃ ৩৮)

অসিগুম্বী গুন কয়া, শক্তি চেনবী মুপীগী মরমদা শৈথাজবগী পেনবা নাইদে কবিনা । হন্না হন্না য়েংশিন্দুনা হন হন্দুনা পুথোক্লি অনৌ অনৌবা শক্তম । অত্থুবু মমৈদদি মমানা মচাগীদমক ভাকনজে, শেনজে —

"ইমানিনে ইমানি পারি নংবু চাউড্রিবা.
করিদৌবা কনানা ইমাইবুডো মুংশিবা !"
কোনবি চেজেং থাম্নুংদা 'ইমা লৈনা ইমা লৈ !"

য়ারাদি তাবদা কবিগী পুক্লিং লুমজে । থমুংদা ফাওরক্লিবা পুক্লিং লুম্লীংডাই ওইবা পাউজেলদা মমাগী মরাহৈনি হায়বসি খঙজে অত্থুবু "খঙনা খঙনা অত্থুবু কুইর কুইর মমম্মি ।" মতম পুম্বদা মমানা শেন্নত্থুনা লৈবগী মওং অমা কবিগী থম্মোয়দা ফাওরি —

পারি ইমোম থিবিক্লা
করি রাংপা কুবিগে
কুবিহৈবী নমা ঐনি ।
করি কিরী কনবিগে
কনবিহৈবী নমা ঐনি ।

(সনরিক পরেং : ১০৯ )

অসিগুম্বী ইমাসে শাগৎপস্থু ভম্বী, থ গাইবস্থু ভম্বী, য়ৈথাইবস্থু ভম্বী পাম্থোইবীনি হায়না কবিনা হায়জরি—

সেমজিনগে ননীংনি
নঙ্গী লৈসেম মন্থনা—
অঈংবা জগোই,
অঈংবা ইশৈ !
শীদোক্কে ননীংনি
নঙ্গী শীদোক মন্থনা—
অকিবা জগোই,
অকিবা ইশৈ !

ফুক্তোক্লগে নোংলৈ সা,
চাকথেক্লগে নোংথাং সা,
লিংলগে মফমদা অনৌবা চার
খানবি উংপুংথক্তা নীংথিবা হার,
ননীংনি ইমা ননীংনি,
পান্থোইবীনি নংদি ইমা
পান্থোইবীনি নংদি !

(সনরিক পরেং, লাঃ ১২৭)

কবি মীনকেতনদি ইচম চম্বা কবি অমা ওইবদা নত্তে; মাদি ইমা নীংবা, ইমা লাংপা কবিনি; ইমা লাংপনা মাগী ধর্ম্মনি। মাসিগী পরমপরা অমা থিবা তারবদি— থায়নদগী ঐখোয়গী লাইনীং লম্বীদা অমস্তুং সংস্কৃতিদা লৈজরি— ইশাইফূদা ঈশিং অশেংবা খিন্দুনা ইমা লৈমরেল শিদবীগী খুভম, লাইনীংথৌ সনামহীগী খুভম মনাক্তা য়াহূনা য়ুমথোং খুদিংগী ঈরাং থৌনিবগী চংনবী ! লৈমরেল

শিদবীগী মীংথৈ ১০৮ শুনা লৈবগী মা লৈরি। অনীশুবদা ভারতকী শক্তি লাংপগী চংনবি থরম্মু শোয়দনা চঙলমগনি নীংজে।

ইমা নীংবগী, ইমা লাংপগী চংনবীসিদগী পোক্লকম লমদমবুস্‌ ইমাগী মশক, মুপীগী শক্তমদা শাগৎতুনা লৈশি লৈথোনবা, মতিক মগুন কয়া শৈথাছুনা কবিনা শৈরেং কয়া ই।

মরৈবাক নীংবগী শৈরেং ইবা কবি কয়া কয়াস্ম লৈনরি, অদুবু কবি মীনকেতনগী মরৈবাক নীংবগী শৈরেংদী পোক্লকম লমদমগী ফজবা মশকপু ফজবা মুপীগী ফজবা শক্তমদা শকপান্নবা য়েক্লি—

লোইবি শমাং খোইখোইবা শাংথ লেংথ চোইনা তা,
মালং কাইদ শছুম লাং শংবান চরৈ কোমগোম তা,
লাইজ তরং খোয়াং হৌ হাজং থাখুম চোংনা তা,
মালং নিংশা চিংনা চিং মায়গৈ কারল মিয়েং তা,
পাম্রি কনা মগুংলাং পীবুক মুংহৌনরিবা,
নমোম কনা মহাকথং পায়মা মুংজেংনরিবা—
মুংশিদ ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপি!

(অশৈবগী শৈরোই ; লাঃ ৪৮)

মরৈবাক নীংবগী শৈরেংদস্‌ কবি মীনকেতনগী শৈরেংদা অনী থোক্লা চংলি। অমনা পোক্লকম মণিপুরবু মুংশিজবা ; অতোপ্পা অমনা মরৈবাক ভারতভূমীবু মুংশিজবা। ভারতভূমী নীংবগী শৈরেং অমতং মথাদা লৌথংচরি—

গায়ত্রী খোম্বাংনখিবা পলেম নঙ্গী তিয়ানি,
সামগায়া নিনখিবদো পলেম নঙ্গী মালংনি।

অবদাগি পলেম মঙী শান্তিমন্ত্র অহিংসা—
পীনবনি পলেম মংনা বিশ্বজগত্তা দীক্ষা
জৈ মা ভারত ঈশ্বরি, জৈ মা পলেম অশোকপি,
জৈ মা জৈ !
(অশৈবগী শৈরোই : লা: ৫৮)

শৈরেং মথক্স অনীসিস্থু লমসিদা মহৌশাদগী, লিরবা মতমদগী লাইরেম্বী নীংলকপগী শাংলবা পরমপরা অমা লৈরকপা অমস্থুং ভারতকী সাহিত্যদা (মরুওইনা বাংলা সাহিত্তাদা) মরৈবাক নীংবগী মওং অনীসিদগী চেম্বরকপা ঈচেল অনীনা ঈতিল্লবনি ।

মপুম ওইনা য়েংবদা অকোনবা ইবা শৈরেংশিংদা কবিনা অহল মতম অস্থুম অস্থুম ওইশিল্লকপসিদা শিরমদাই য়ৌরক্লে হায়বা রাখলদগী মুংশা থীবা স্থর অমা তাবা ফংই । "লাক্লবদি হনবা তাই, শাৎলবদি কম্বা তাই" হায়বা চুম্লবা রাখল অসিনা কবিবু হন্না হন্না নীংশিংহল্লি-হনবগী মতম ওইরক্লে হায়বা । তপথদবা, নংহৌররোইদ্রা, হন্দকীসিনা অরোইবা ওইরগদ্রা হায়বগী রাখল অমা ইচেনদা চেন্নে । রাখল অসিমক্না লাইরিকী মমিং থোনবা ফাওবদা শোকহল্লি । তৌবদি, লাইরিকী মমিংদা 'অশৈবগী নিতাইপোদ' অমস্থুং 'অশৈবগী জয় ভাই' থোনলিবসিদি নট সংকৃতনগী পরিংদা চংথরকপনি । রাখল অসিদগী মুংশিরবা শক্তম অমা —

"পুনশি কোরৌ তক্লে য়াচঙ হক্লে চৌংগী নঙ্গোল,/পোম্বী থরায় য়েংলে হনগৎ তান্দোীরবা মকোল ।" মসিদা পোম্বীগা পাংথক

ওইরবা অহল ওইরবা কবিগী থরায়না, মুংখিল হুমিদাংবাইদা চেক্লানা মকোন তম্না পাইনীংবগুম, তায়না নৈহৌরবা মহন্নকমলোমদা হন্নীংহুনা হনগংনা য়েংখৎলকপগী ফজরবা অমম্লুং ওম্মোক্লা মুংশিরবা শক্তম য়েকলিবা পোয়েটিক ইমেজরিনি। "হৈমুন লোইবা তাউজিংহৈনি কেগুরুদ তন পাক/অহুম ময়াগুবা উকা কেন্নীং কেন্নীং ঙৈহাক।" (বিদায় আশীর্ব্বাদ ; লাঃ ৩) অহল মতম ওইশিনলক্লুনা কিন্থরক্লবা, শিগদৌরবা কবিগী তাইবং হকচাংনা শিত্রিদ থাক্লা হিংবগী শক্তম্থু হৈমুন ফারবা হৈনা কেন্নী কেন্নীং থ্রাক থ্রাক য়ান্দুনা কেন্দ্রিদ থাক পানবা হৈগী শক্তমদা য়েকপা ওম্মোক্লা চপ চাথবা ফজরবা ইমেজরিনি। হন্দকমুক্কী তাইবং পুন্সি হকচাংসি থাদোক্লুনা চৎলমদাই নকশিনলকপসিদা; হন্দকমুক্কী মপোকসিদা থেংনরিবা মুংশিরবা মায়থোং ময়ামসি, মথংগী লাংঙোন্দসু অমুক থেংনবদা করম তৌবা হায়না মুংশিনা থল্লি। থেংনবদি য়াই ; অহুবু খঙনখিগদ্রা ? তশেংনা ময়েক শেংনা খঙনদ্রবসু, হন্দকী লাংঙোন্দা খঙনখ্রিবা থরায় অনীনা, থম্মোয় অনীনদি হেক উনবদা খঙনখিনি, কৌনখিগনি—"তানি হুবু নমি ইমি থম্মোই থম্মোইমুংদা উনি অকাউকিজং তন কাণ্ড করি করি নোংদা।" ( বিদায় আশীর্ব্বাদ ; লাঃ ১০ ) থাদোক্লুনা চৎলমদাইগী পুক্লিংনা মগুল মগুল থনবনি।

চৎলদরা ঐবু সুম,
চৎলদরা ঐবু সুম।
( সনরিক পরেং ; লাঃ ৮ )

থাদোক ভমদা কবিনা মুক্লম মুক্লম শোল্লি।

'বিদায় কবিতে বিদায়' কৌবা মাগী শৈরেংদা কবিতাবু মুপীগী শক্তম পুবী, হক্কী তোংগী শক্লাইবা তাইবং মূর্তি ওইনা মাঙদা চোংথোকহন্দুনা য়েক্লি ; কবিতাবু লাইরেম্বী ওইনা উবগী মহুত্তা মাগা মুংশিনজবা কনাগুম্বী মুপী অমগী শক্তমদা শ্রাগৎলি—"মুংশি খোঙক্ম অহানবা পাম্মু নঙ্গী কাদনি ;/মুংশি-শৈশক অহানবা পাম্মু নঙ্গী নাদনি—" (অশৈবগী শৈরোই : লা; ১) কবিগী পুন্সিনা য়াচঙলৈমগী মশাইগোল তমলক্লবা মতমসিদা কনাগুম্বা প্রেমিক অমনা মহাক্কী প্রেমিকাদগী বিদায় তৌনবগুম কবিনা শক্লি—

কোলোয় ফাম্ন রাহৌগে মুংশি নঙবু ঙসিদি,
হায়ু তাসি কবিতে, করি লাক্লি হৌজিক্তি !
পুন্সি কোরৌ য়াচঙ তম হুম্লে নোংচুপ চীঙ্গী কোল :
য়োৌগদৌরে য়েংউনে য়াচঙলৈমা মশাইগোল !
হায়য়ু নঙবু মবেম্ম, কদৌরুনি হৌজিক্তি ;
মুংশি নঙবু থল্লুনে, কদৌননি ঙসিদি !

( অশৈবগী শৈরোই ; লা: ১ )

'শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং' কৌবা কবিতাদা পুন্সিগী থৌদোক রাথোক থুদিংদা, থবক থানা থুদিংমক্তা আ: মন্নুংগী লমলেন অমদগী পীরুকপা মপাউথোন অমদা, তৌরুকপা ইঙ্গিৎ অমদা পাংথোকই হায়রি। কবিনা মরনাই ওইনা মনীংতম্না করিগুম্বা অমত্তা তৌদে। মতম পুম্বদা মুংলমলেম্না ঈশৈদ শক্তনা, তান্দ থাত্নুনা করিগুম্বা শক্তি অমা লৈরি—"অশৈবগী অমা,/ অশৈবা অমা—/পুদে মাদি লুগী তো'গী হকচাং/কোম্নরিদো ঐগা

পুন্সি লমশাং।* ( অশৈবগী শৈরোই ; লা : ৬ ) পুন্সিগী থেংখাং খুদিংদা নাউরা-মঙলান্দা, থংলেন মঙলান্দা পম্থৌ মঙলান্দা লেপ্লা লৈতনা মুংমলনেন্দগী পীরকপা ইঙ্গিংতা, তারকপা সুরদা কবিনা পুন্সিগী থবক থৌরম কয়া পাংথোকপ্রে—

কবি নোংদা মোমোন নোক
কবি নোংদা পিরাং চেন
সারক্রে জগোয় কয়া কয়া পুন্সিমুং।

লেপ্তে মিকুপ অমত্ত—

শকই ইশৈ মহাক্ন
চোংই জগোই ঐহাক্ন।
( অশৈবগী শৈরোই ; লা : ৯ )

অসিগুম্বা কবিসে পুন্সিনা য়াচঙলক্লবা মতমসিদদি "যুগ যুগ খুদিং পলেম চান্ম শায়োনবী/কংলে থোঙজীল য়েনা পারি মমোম খোম্লাংবী" মমানা থেমদোকলি—

য়াচঙোদা য়াচঙো পারি নংবু নহাবা !
( অশৈবগী শৈরোই ; লা : ১০ )

অছুবু মুংদা ইশৈ শকপা মহাক্তি লেপ্লা লৈতে ; শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

অরোইবদা হায়জনীংবা অমনা কবি মীনকেতনগী খুৎইদা মাগী লোলগী মশক অসি য়াম্না মরু ওই। মাগী খুৎইদা (শৈরেং অমসুং রারেং অনীমক্তা) লোলগী মকে শেমলিবা অসি য়েংশিনবদা

মতিক চাই। মাগী থুংইদি অলঙ্কারগী ফজরবা কুম্মৈনি ; থরখিং হেন্না অনুপ্রাসকী ফজরবা মশক্না পুমথল থল্লি। মৈতৈ লোল অসি মানা মন্নু থিংনা, মমুং তানা খণ্ডবনিনা শেমনিং শেমনীংবা মওংদা মনীংতম্না শেম্বা ঙম্মী। মাগী লোল অসিনা মাবু মীনা পানীংদে ; অদুগা মাবু মণিপুরী সাহিত্যদা রাংনা থাজংকদৌরিবা অসিম্ন মাগী লোল অসিননি। মানা লোলগী মকে শেম্মনখিবনা কোন্না ঙাঙবা মানগে হেক হেক তৌই। অদুবু মগুন নৈতবদি নত্তে।

১। সাহিত্য সম্পাদক, এল, দামোদর সিংহ অমসুং এন, তোম্বী সিংহ; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; ১৮ শুবা মশীং, মে ১৯৭৬ ইং (মণিপুরী সাহিত্যদা রবীন্দ্র সাহিত্যগী মঙাল— অশাংবম মীনকেতন সিংহ ; লা : ১—৪)

জুন তাং ১০, ১৯৯০ দা পাঙথোকখিবা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ৩১ শুবা চহীগী মীৎয়মগী মীনকেতনগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যগী সেমিনারদা পাঙথোকপবা।

# অশাংবম মীনকেতন সিংহগী লোল অমসুং শৈলী

লোংজম জয়চন্দ্র

অশাংবম মীনকেতন সিংহদি মণিপুরী সাহিত্যগী অতিয়াদা থোকপা অরংবা থরানমিচাককুম্বনি। মহাক্কী মরমদা ইনবা হোংনবা হায়বসি অরুবা অমসুং অরাইবা অনিমক ওই। থাগুম, থরাখ্রিচাক্কী ফজবনা, মীওইবগী পুক্নিং খুদিংমক শুমহৎহনবদি ঙমদে। মহাক্কী ইথন্তা চিক্লা নাইতোম ওইনা য়েংগদবা পোংশককুম্বনি। রাখল চাউবা খ্বাইরাকপম চাউবনি, মঙোন্দা রাখলগী অরুবা মশক থর উবা ফংই। রাহৈগী থোং-নৌবদা হৈনজবা কমলনি, রাহৈগী কোচিনা অপাবশিংগী থম্মোয়বু চিংহুনা পুবা ওস্বগী শাফু অমা মঙোন্দা লোয়নরি। অয়াংবা অমসুং অরুম্বা খল অনিমক অঙাংহলদা থেংনৈ, মহাক্কী রাখলগী মশকসিনা অপাবশিংবু অমুকসু তয়াং তশোয়হল্লি, অমুক্কা লুরবা রাখলগী গুহাদা কুমথহল্লি। লময়ানবা কবিশিং অসিগী মতুংদা মীনকেতনগী মশক্কী ইনৌ-নৌই, ইতোপ তোপই। শৈরেং অমসুং রারেং অনিমক্কা চপচানা খুংলোয়বা অইবা অসিনা হৌজিকমক্কীদি মণিপুরী সাহিত্যদা খ্বাইদগী হেন্না লৈতারবা অইবা মীশক ওইরি।

অয়াম্বনা মীনকেতনগী লোল অসি লাইনা খনবা ওমদে। মহাক অসি মণিপুরী সাহিত্যাদা খ্যাইদগী নিংথিজনা লোল শীজিন্নবা হৈবা অইবনি; মহাক্কী লোলগী কিশি অসি থোকপা হৈত্রবদি, শীজিন্নকম খঙদনা, খোয়দৌ শাউগংতুনা তোকপস্থ য়াওই। মরম অসিদগী অপাবশিংনা, মরুওইনা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা, মীনকেতনগী লোল অসি লুই হায়না খল্লি। অতুবু মহাক্কী লোলগী পংথৈ মসুংদা অমস্তুং খোং থাংজিল্লুবা ওম্লবদি, মহাক্কী খোঙলৈ থ্‌না চেনবা য়াদবা লোলগী মুংগায়রক্তা চন্দ্রমুখি নত্রগা পেক্কুকলৈগী লৈনম তারোই কনানা হায়বা ওম্বগে? মীনকেতনদি মীয়ামগী কবি নত্তে, মহাককী খুৎই খুদিংমক্তা মীয়ামগী পুক্লিং হ্যুনবদি ওমদে। অরাংবা চেকপল অমগী মসুংদা কনামতনা য়োৌবা ওমদ্রবা কাচিন অমদা ক্ষমতুনা ঈশৈ শক্লিবা কবিস্থু নত্তে। মহাক্কী য়াম্না চৌং-লেমই, মনাক নকলুবদা হঙ্গোইবা পোকই। অতুবু নকশিল্ল্যুরবদি য়াম্না তরাম তরাম্না তৌই, নোকমি নোকমিবা পুকচেলনা লৈতেংই, য়ারী লিবা হৈবগী হৈ-শিংবনা অপাবশিংগী পুক্লিংবু লায়না ওমহৎতুনা থম্বা ওমই। মসিনা মীনকেতনগী অচৌবা মগুণনি।

মীনকেতনগী লোল অমসুং শৈলী অসি কুপ্পা নৈনবা চঙই। মচল অনি অসি মহাক্কী খুৎইদগী লৌথোকপ্রবদি করিস্থু লেমহৌত্রে হায়বা য়াই। মীনকেতননা অস্থক কুইবা অসি মণিপুরী সাহিত্যবু খুতুম চনবা ওম্লিবসি খুৎলায় অনি অসিগী মপান্ননি। কবিনা মপুনি, লোলনা মহাক্কী খোঙলোয়নি। মৈতৈরোলনা অস্থক য়াম্না মরাং কায়না অর্থ চেন্না শীজিন্নবা ওমই হায়বসি মহাক্কী খুৎই পান্নগা

খঙই। মঙোন্দা ভারতবর্ষগী তোঙান তোঙানবা লোলশিং অমসুং নোংচুপলোমগী লোলময়াম খঙবগী খুদোংচাবা অমা লৈবসিনা মৈতৈরোলবু শেমনিংবা মওংদা ওনথোকপা ঙম্বগী শক্তি অমা উবা ফংই। মসিগী খঙনুবা বিদ্যা অসিগী মথক্তা মৈতৈগী অরিবা লোল, ময়েক অমসুং সাহিত্য কুপনা খঙবনা অমুককসু হেন্না মৈতৈরোলবু লায়না শীঞ্জিন্নবা ঙম্মী।

মহাক্না ইহান হান্না মৈতৈরোলবু থেংনরুবদা ফাওরকপা পুক্নিং মুংশিবা, পেন্সবা রাখল অহুগী মথক্তা নাপল পোকচবগী মশক অসি, মহাক্না পুন্সিগী য়াম্না ঙল্লিবৈগী মতমদা ইথিবা 'য়াকাইরোল' কৌবা শৈরেং অমদা নিংথিনা ফোংদোকলি, "মীতম্বাক্তা চাওরবা। মীরোন্নিদও তাংলবা। পলেম চেংলৌ খংদ্রবা। নচানিদও তোল্লবা। কৌরগেনে ইমা। ঙসিগী কোরৌ মুমিত্তা।" (বসন্ত-শৈরেং, লামায় ৩) মসিগী মতুংদা কবিনা মথং মথং চংশিল্লকপদা থেংনরকপা মৈতৈরোলগী ঙক্লবা মশক খরা য়াম্না চীংলেন্না মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌরকথি। মসি মহাক্না চহি কয়া মৈতৈরোলবু নৈনরুবা অমসুং মসিগী ঈনাক খুল্লবা সাহিত্যগী ফজবা থেংনরুবদা পোক্লকপা থৌনা অহুগী মহৈনি।

ভারতকী মপাল নাইদ্রবা সংস্কৃতি অমসুং মমারোলগী অরিবা সাহিত্যবু হকনা মুংশিজবগী মশক অসিগী মথক্তা, মীনকেতনগী শৈরেংগী মওং অসি মরুওইনা অহুমথোক্না থায়দোকপা য়াই ঃ (১) অহানবদা, মুংশিববু পূজা তৌজবা অমসুং মুংশিববু অরাংবা আসন, মথক্তা থাঙংতুনা ঈরাংপা পামজবা রাখল্লোনগা মরি লৈনবা

প্রেম-কাব্যশিং অনি শুবদা মুংশিখিবা মরূপ-মপাং অমসুং মরোই মনাওশিং কায়নবদা পোক্লকপা অরাবনা মুক্কম ওইবা শৈরেংশিং; অহুমশুবদা, পি-থাদোইগী শক্তম লৌরিবা কবিগী থম্মোয়দা ফাওরকপা মশক খঙদবা পোৎশক অমসুং থম্মোয়গী লম্নদম অমগীদমক্তা ঈখৌলাংবগী শৈহেকনা মপুংওইবা শৈরেংশিং। শক্তম অহুম অসি তোঙান তোঙাল্লবসু. মপুংদদি লোয়নমক মরি লৈনৈ। মীনকেতনগী থুংইদা থেংনরিবা লোল অমসুং শৈলী অসি মথক্তা পঙ্গরিবা শৈরেংগী শক্তমশিং অসিগী পরিংদা য়েংলকপা তাই।

মীনকেতনদি মুংশিবগী কবিনি, মুংশিবগী শৈহেকনা মহাক্কী শৈরেংগী মপুংওইবা থরাইনি। তেংবানবদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মুংশিবগী লাংদগী নানথোকপা ঙমদে হায়না কবিনা থাজে। মুংশিবগী মিংতা পোৎশক খুদিংমক্কী অর্থ লৈ, মমল লৈ, মহাও চেল্লি। মুংশিবনা খুত্থম চল্লবা থম্মোয়দি কয়িগুম্বদনা অঙাংনি, কয়িগুম্বদনা চৌন্নাইদবী পালেমনি, কয়িগুম্বদনা মিকপ-মিরাওখোলনা থল্লবা ইঙাগী নোংথোংগুম্বনি। অসিগুম্বা মীওইবগী মথল-মথেল নাইরবা অপাম-নুংশিগী শক্তমসি কবিনা মহাক্কী হৈশিংলবা লোলগী পাম্বৈ শিজিন্নহুনা মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক কয়ামুক্তা নিংথিনা য়েক্লি। মীনকেতননা শীজিন্নরিবা লোলগী মশক অমসুং স্তাইলদা থাইনগী পেনাগী শৈহেক অমসুং খোনজম কয়া মরূম চঙবা উই। মুমিংনা নোংচুপ চিংয়া লোমখিবদা, খুন্নংগী অহল-লম্মন, শাবি-শানৌ কয়ানা মমুম মমুমদা মুমিদাংগী চাক-ঈশিং লোয়রম্লগা,

কোয়ন মাঙোল কাচিন্দা কমদুনা পেনা খোংবা ওজাগী মুংশিবা মপাও ঙাইদুনা, মৈতৈগী অরিবা অপাম-মুংশিদা য়ুম্ফম ওইবা শাখি-শানৌগী ৱারী কয়া তাগদবগী খৌরাংনা ঙায়রকপ, মদুদগী ভাবককী পূর্ক্লিং শুমহৎনবা পেনাগী সুরগা লোয়ননা ঈশৈশকপা ওজানা ৱারীগী মচল মথং মথং শেমলকপদা থম্মোয়দা মুংঙায়বা পোকহল্লকপ, মদুগুম্বগী মূর্ত্তি অমা মীনকেতনগী শৈরেংশিংদা ঊবা ফংই। মসি ইচম-চম্বা শৈরেংগী গুণ নত্তে। চহি কয়া কবিনা মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিবু কুপ্পা থিজিল্লবদগী থোরকপা মপুং ফারবা মিৎয়েং অমসুং ৱাখলগী মশক অমনি। মীনকেতনগী অতোপ্পা লোলগী মশক অমন। মৈতৈগী খোংজোমপর্ব্বগী তাল অমসুং (ছন্দ) পুথোকপ ৱাহৈগী মিত্রং ময়াম অসিনি। মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বা পেনা নত্রগা খোলোক পায়খৎতুনা শকপা য়াগনি। মাইগৈ অসোমদা মহাক অসি মৈতৈগী অরিবা অশৈবশিংগা চাংদমনবা মুংঙায়গনি।

মীনকেতননা অথেংবা পুন্সিগী তাংককতা ইরম্লিবা শৈরেংগী লাইরিকসি হুমনিঃ অশৈবগী নিতাইপোদ (১৯৭৬) অশৈবগী শৈরোই (১৯৭৭) অমসুং অশৈবগী জয় ভাই (১৯৭৮)। লাইরিক অহুম অসি পুন্না মহাককী ত্রীলোজিনি হায়না লৌবা য়াই। লাইরিক অহুম অসিদা কবিনা নৈনরিবা থিম লোলগী মশক অমসুং স্তাইল অসি য়াম্না মাম্নৈ, লংলা অমত্তনা পুন্না লেংবনি। লাইরিকশিং অসিদা মীনকেতননা মপুংওইনা অপাম-মুংশিগী মশক অসি নিংথিনা শৈথারি। অহানবগী, অশৈরগী নিতাইপোদ' হায়বা লাইরিকসি

খম্বা-থোইবী অমম্বুং নোংবানগী পুন্সিদা য়ুমফম ওইবা 'পিয়ে-থাদোই' হায়বা শৈরেং অমগা, আওগী ফ্ন্দা রান্নীদা য়ুম্ফম ওইবা ইভিবেন অমম্বুং চালাম্বা কৌবা শাবি-শানৌ অনীগী অরাবনা পোলোইনবা রান্নী ডাকপ 'মুংশি রাখৈবা' কৌবা শৈরেং অমগা অনীনা শাবনি। কবিনা খম্বা-থোইবী অমম্বুং নোংবানগী চরিত্রশিং অসিগী মম্মুংদা নোংবানদনা হেন্না খল পীনিংই। থোইবীবু চপচানা নীংবসি কবিগী মোংতা, খম্বদগী নোংবান্না হেল্লি। খম্বদি অয়াংপা লিকলম অমগী মতুংইন্না চংচবতনি, খম্বনা থোইবীবু তাম্নরুদে, থোইবীনা মঙোন্দা চেলশিনবনি। নোংবানদি পুন্সিগা শীংনৈ, মরাইবককা শীংনৈ। মহাক্না থোইবীগীদমক্তা লৈজবা খুদিংমক হুন্দোকপদা পাম্ম্বা লৈতে। নোংবান্না থোইবীগী মকমদা শক, শাগৈ-নাতৈ, মীচংসঙ্গ, পুন্নমক অসি উংতুনা থেম্নবা হোংনৈ। থোইবীনা য়াদে। মমৈথংদা থরাইনা পোম্বা ওইতুনা থোইবীবু ফংননবা তান্নরকই। থোইবীগীদমক লমজেল চেনম্ন চেনগনি, চীংদা কাতুনা লৈ থিরুগনি, কাও ফাও ফাগনি, কৈ ফাও ফাগনি। অরোইবদা নোংবান্না পাম্বা কৈগী থায়াত্তা য়াথোং লোলবদা মহাকী অশেংবা থম্মোয়তু উবা ফংলকই।

থোইবীবু মুংশিজন্নিবা মহাককী থম্মোয়দা লেংলি-পাল্লিবা, চংলি-উন্নিবা পুন্নমক থোইবীগী থোইবী ঙাক্তা উন্নকই। অসিগুম্বা নোংবানগী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা মুংশিবগী অয়োবা মশক অসি শিংথান্নতুনা কবিনা শক্লি "লৈমায় য়েংই থাদোই ঙাক। ঈমায় য়েংই থাদোই ঙাক। চীংমায় উই থাদোই ঙাক। লোকমায়

য়েংউই থাদোই শাক। থাদোই চাম্ন চাম্নমি। থাদোই লিশিং লিশিংনি।। থাদোই লখা লখানি। থাদোই কোটি কোটিনি।" (অশৈবগী নিতাইপোদ, পিয়ে থাদোই লামায় ২১) থোলোকক্কা কোন্নবা থোংজোমপর্ব্বগী ছন্দদা থাংলকপা রাহৈগী থোংথাংনি। মথোক কারকপী কনাগুম্বীগী ফান' ফানা থাংবা থোংথাংগুম্বা; চীংমায়দা শজিনা চোংনা চোংনা শান্নবগী তালগুম্বা, পেনা শকপগী তাংকক নাইবা সুরগুম্না, কৰিনা সুন্না ইতিবেনগী ফজবা থারকপদা শীজিন্নরিবা লোলগী মশক অসিগা অমুক য়েংবিয়ু, "লৈশক য়েংই নীংথিবী। লৈচু য়েংই পানজবী। লৈশা য়েংলে ফজবী। লৈওং য়েংলে হেনজবী। লৈতৌ য়েংলে মুংশিবী। লৈনম তারে ঈংজবী। লৈরোল লৈকোক চনজবী। নীংথিজেদো থানবী। অনী ফম্মে শীংনবা। ময়াম তিল্লে তাদবী। ফজজবী, লৈরাংনি। নীংথিজবী শীংঙেন্নি।"

(অশৈবগী নিতাইপোদ, মুংশি রাখৈবা লমায় ১১)

অপাম-মুংশিগী মশক য়েকপা অমস্তুং ফজবা থারকপদা কবিনা শীজিন্নরিবী রাহৈগী কোচি অকি অয়োবীনি। 'অশৈবগী শৈরোই' হায়বা লাইরিক্তগী শৈরেং অমগা লৌখৎচগে "ফজেদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয়। ফজ নঙ্গী মফজ। করি মফজনোনে। ফজ মানা শায়োন তৌ উৎকে মশাই মফজা। পোক্লুরক্রা নহাক ওই; ফজমনলি মফজা লাইনা থাবা ফজনাই মিৎকী লৈয়েং পানলবা শৈরোল শৈশক সুরবা, লৈগী মিৎকম হুক্লুবা। তান্ন তান্ন অনীনা নঙ্গী শৈরাংজরবা। ফজ নঙ্গী মফজ ওমলমগন্ত্রা থাজবা।

ফজৈদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয় । ফজ নজী মফজ করি মফজনোনে।" ( অশৈবগী শৈরোই. লমায় ২৪ ) অনুপ্রাস অমসুং প্রমান-পানথৈদা শাদোং ওইহনা পুখোরকপা য়াহৈগী নাচোমনি। মসিগী মশক অসিনা মীনকেতনগী অয়াম্বা শৈরেংশিংগী লোলগী তোপ তোপ্পা গুণ ওইরি। মহাককী অশৈবগী জয় ভাই' হায়বা লাইরিকসি 'নোংজাই ইচিক কাজুহদা' হায়না মিংথোনবা ইঙাল্লৈগী অরা পীথমখিবা পুন্সিগী তাংকক শৈথাবা য়ারীদা য়ুম্ফম ওইবা শৈরেং লাইরিকনি। মফম অসিদা মীনকেতননা শীজিন্নরিবা লোলগী মশকসু মথক্তা পনজখিবা পেনা অমদি খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওজাশিংগী শৈশককী স্তাইল অহুনি। শৈরেংগী লাইরিক অসি কবিনা 'মংশক' হায়বা বেলে অমা য়েংলুবদগী ইনিংবগী ইথিল পোকখিবনি হায়না পল্লি। মৈতৈ নিংথৌ পাইতুখোম্বা অমসুং মরাম থুল্লাকপাকপগী মচানুপী ইঙাল্লৈগী নোংদম থিনা তমলক্লবা মুংশিবগী তাংকক অসি হৌজিকসু থুলং ইশৈ কয়াদা শৈথাহনা মনিপুরী সাহিত্যগী মুংশিগ্রবা য়ারীগী মচল অমা ওইনা লৈরি। করিনা তাংকক অসিবু মহাকী হৈশিংলবা য়াহৈগী লৈশি-লৈথোল কয়া হাপচিন্দুনা অমুকসু হেন্না মহাও য়াওহল্লিবা মতাং অমদা লাইরিক অসিদা কবিনা থারিবা ইঙাল্লৈগী ফজবা শকনসি য়েংবীয়ু : খৌরি য়েংলে মনীংথি, শাংতক কোম্দক লৈশাং তম। নৌনা ঙৌবী মোইবুংলৈ, লৈরাং মাগী লৈওং তম সেমখিবরা খঙদে নৌনা ঙৌবী খৌ নামিবী। থাদা য়েংলুই পুক্লিং হুই, চাউরোদনা চাউদবী। পিক্রোদনা মতাল লৈ ভাম্না অহুম উজবী

খোংথাং খুদিং মুজাগী তম্না ঈপোম্নজবী নিংথিজবী থা, থংদে মিতমখিবা কন্নিনা। তমখি থঙদে উথম্বাম্না নত্রে হৈরাংখোয়না। পুখুন্নবী খুৎশানা লৈহাও লৈরেল মতমনি। নিংথিজবী খোঙশানা কোঙয়াঙলৈগী মশক্কি। ঙাঙ্নবা খোঙজেপতা তারি লৈরাং মোদোলৈ। তঙাংনবা খুনিংদা হেলি লৈরাং কোয়িলৈ। লৈগী কোম্নি হায়সিয়া হৈগীনিবু কৌসিয়া। নত্রে অনী তম্না তু হেনজবনি শক্লসিরা।" (অশৈবগী জয় ভাই, নোংজাই ঈচিক কাজুম্বদা, লমায় ৫৭-৫৮) পেনা পায়খঙতূনা, খোলোক পায়খক্তুনা শৈথায়কপা রাহৈগী ছন্দনি।

অপাম-মুংশি শৈথাবদা কবিগী তোপ-তোপা গুণ উবগুম্না অয়াবগী ঈশৈ ইবদস্সু কবিগী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ-উবা ফংই। শোক ১৯৮১ দা ফোংখিবা কবিগী শৈরেংগী লাইরিক, সনরিক-পরেং, হায়বসি ইংগ্রাজিগী এলিজিগী মওংদা ইবা শৈরেং ওাক্তনা মপুং ওইবা লাইরিকনি। অয়াবগী শৈরেংশিং অসিদা কবিনা শীজিন্নরিবা লোলগী মশকসি থাইনগী মৈতৈগী অন্নিবা খুমুং ঈশৈগী স্তাইলদনি। মীওইবগী পুন্সিগী মশকশি কবিনা থাজে মুংঙায়বা লৈতে, অয়াবতনি। অয়াবা-পোলোইনবা পুন্সি-লীলানি। উন্নবা অমস্থং কায়নবা, কায়নবা অমস্থং উন্নবা পুন্সিগী ঈরৈ অসিদা মীওইবনা চৎলি অয়াংপা লিকলম অমগী খুচুংইম্না অশিবগী খুত্তা নোংমদি। রাখল অসি থন্দুনস্সু মীওইবা কনানা তেংথাদবা ঙম্বগে মরুপ মপিজা, ঈরোই-ইনাও, ঈমা-ইপা, শাগৈ-নাত্তে কায়নবগী অয়া-মৈচাকপু? অসিগুম্বা হেংথাহদা মুন্দম ওইবা অয়াবগী

শৈরেংসি মশিং ফনা য়ামই । মসিগী মপুংদি 'সনৱিক পরেং' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা ফংলবস্লু অতৈ লাইরিক কয়াগী শৈরেংশিংদস্লু নিংথিনা ফোংদোকলি । মথক্তস্লু পনজখিবা; কবিগী 'অশৈবগী শৈরোই' হায়বা লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শৈরেংশিংস্লু মসিগী মশক অসি ফোংদোক্লুনা ইরি । অরাবগী ঈশৈশিং অসিগী তোপ-তোপা মশক অমনা কবিনা মুংশিখিবা কনাগুম্বগীদমক থম্মোয়-শোক্লা তেংথারবস্লু অরাবগী রাথল অসিমক্লা কবিগী থম্মোয়বু থুত্থুম চনবা ঙমদবা অসিনি । মীওইবগী পুন্সিগী মশক অসি কুপ্পা খল্লুরগা অরাবা অমস্লুং অশিববু কবিনা মমৈথংদা চাম্লুরা মরুপকুম্মা তরাম্মা ওকলি । কবিনা ইথিবা অরাবগী ঈশৈশিং অসি লোল অমস্লুং স্তাইলদা তোপ তোপা মশক পুবা ঙম্বা শৈরেং ঙাক্তনি । মখোয়শিং অসিদা ফোংদোকলিবা রাথলগী মশকগু মহাককী পুন্সিগী অরোইবা তাংকক অসিদা ফাওরকপা পুন্সিগী ফজরবা মশক থরনি ।" লাক্লবদি হনবা তাই শাৎলবদি কম্বা তাই । মুংশি মুংশি কায়নবা পাম্ম্ পাম্ম্ তৎনবা । মালংচৎনি মালংচৎ মালংপানগী লেঙগ্রবা । লৈশাৎ তম্ব লৈরাংদা লৈরাং কনা কেন্দেতায় । মুংশি নংনা কপপতা রানি ঐবু খোঙশানবা । থম্মোই নংগী কারবা তানা তানা মপাউখোল থরায় নংগী চাক্লবা তানা তানা তেংথাখোল । রানি ঐহাক খোঙশানবা, রানি ঐহাক খোঙশানবা । শিনথৌ পিদ মশিননৌ থম্মোই মাগী ধর্ম্মনি । শিবা কৌবা লাইছুদি মুংথোকপনি মথম্মোই । পাম্ম্ ঐনা কনানোন কদৌম্লুংদা কনবিরোই । মুংদা ঈশিং চাইবদা

করি মুংদা পেচরোই। কপকমুকো মুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙক্ম উ। রাগনিকো থম্মোয়সে পাম্মু নংগী তেংথা তা। ঙম্মোই মুংশি খোঙশানবা পাম্মু নপাউ তানা তা। কপকমুকো মুংশি নং ঐগী পোলাই খোঙক্ম উ।" (অশৈবগী শৈরোই, লমায় ২২-২৩) শৈরেং অসি মীনকেতনগী ফজরবা শৈরেংশিংগী মরক্তা অমনি। মসিদা শীজিন্নরিবা লোল অমসুং রাখল মীনকেতনগী তোপ-তোপ্পা স্তাইলনি।

মীনকেতনগী অতোপ্পা শৈরেংগী মশক অমনা মশক খঙদবা পোংশক অমগীদমক্তা ইথোলাংবগী লাংতক্নবা অসিনি। কবিনা তেংবানবদা ফংব ঙমদ্রবা পোংশক থরবু তান্নরি। য়েংনা য়েংনা মাংখিঃ উনা উনা পায়শিলহৌবা ঙমদে। থম্মোয়দদি চৈনা পোকখি, করিনো হায়না তাকপদি ঙমদ্রবা পোংশক থরনা কবিবু লৈতাহন্দ্রি। অসিগুম্বং ইথোলাংবা অসিনা ওলহল্লি করিগী থম্মোইবু পি-থাদোই। পি-থাদোই কৌবী চেক্লানা থাদোই মহাকপু কাউবা ঙমদা হন্না হন্না লাংতক্ননা থিবগুম পি-থাদোই শক্তম লৌরবা কবিগী থম্মোইনা ফংবা ঙমদ্রবা পোংশক অদুতবু তান্নরি, থিরি। পি-থাদোইগী মশকসি কবিগী মফমদা অচৌবা সিমবোল অমনি। মসিগী রাখল্লোন্দা ইবা শৈরেংনা মীনকেতনগী অচৌবা শৈরেংগী মফম কল্লি।" ঐদি খোইরেনতাকতা পোকপনি। কৌনৈ মীনা ঐবু পিথাদোই। সোনরুজমল মুংশি কোলোয়। বসন্তগী লোল্লিন ওই। মালেম লৈকোয় থংনা কোয়। তঙাং লৈশাং তন্না লৈদ থি। লেনজে চেক্লা ওইবা ইপুনসি। বংলুই থাম্মোই অংদৈঙ কনাগুম্বী মুংশি

কা। খংখি মীচৈ চাবদা মুংশিরুমল মাগী কা। মীচৈ চারে চানত্নম থম্মোই মানা মুংশিখি। খোঙথাং খুদিং পুক্সি চুপ মুংশি পুজা কৎচখি। মহাকথংনি ঐহাক্না চেক্লা ওইনা পোকলকপা। মগুংলাংনি ঐহাক্না মালেম থ্ংনা কোয়রিবা। চেক্লা ইপোক য়াম্নক্লে মুংশি মাস্নু মমথরে। থম্মোই মানা অহুবু কাউসি কৌবা মঙমদ্রে। বসনতগী শউম ফংবা তঙাং তনৌ লৈশাৎ তম। জগোইজবা লৈরাংদা। পাম্মবগী মমিংতা। য়েংজে পেল্লা ইথম্মোই। মুংশি মঙলান তম্ন মঙ। শকচৈ কোলোয় মুংশি পিথাদোই। থাদোই থাদোই পিথাদোই।" (অশৈবগী নিতাইপোদ পিয়েথাদোয়, লমায় ১১২) য়াখলদা, ছন্দদা য়াহৈদা অমসুং লৈতেংদা মীনকেতনগী মশক তাকপ শৈরেংগী মশকনি। কবিনা মশাবু পিথাদোই ওইনা শকতাকচবনি। নোংপুবা লৈ-চিঙগুম্না য়াহৈগী লৈতেংনা মবুক লুমলবা শৈরেংগী খোংথাংনি।

মীনকেতননা মৈতৈলোনবু মনিংতম্না শীজিন্নবা ওম্বগী মশক অসি মহাককী অনুবাদ সাহিত্যদসু উবা ফংই। মহাক্না অনুবাদ সাহিত্যদা মশক নাইনা খুৎথাবা ওস্লিবসি মঙোন্দা মৈতৈলোলগী পীথোরকপা লোলগী মগুণ য়াওবননি। মহাক্না অনুবাদ তৌরম্বা অসি মরুওইবা কবি অহুমগীনি : মাইকেল মধুসূদন দত্ত, সেকসপিয়র, অমসুং রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর। মহাক্না অনুবাদকী লাইরিকশিং অসিদা শজিন্নরিবা লোলশিং অসি য়েংলুরগা মৈতৈরোলবু লায়রবা লোলনি হায়বসি; অরানবা য়াখলনি হায়বসি ফাওহল্লি। বাংলা অমসুং সংস্কৃতকী মশকতগী তোঙানবা মৈতৈরোলগী শক্তম অম

মহাক্না কন্না শাগৎনবা হোৎনখি। মসিগী মশক অসি থিননবা হোৎনবদা মহাক্না অরিবা মৈতৈগী সাহিত্য সংসকৃতি, লোল অমসুং ইতিহাস কুপ্না নৈনখি। মহাক্না শেমজবা লোলগী জগৎ অসি য়েংলুরগা মৈতৈরোল অসি চপচানা অতৈ সাহিত্যগা লমবা তৌবা য়াবা লোলনি হায়বসি খলহল্লি! মহাক্না হন্দোকপা মাইকেল মধুসুদন দত্তগী 'মেঘনাদ বধ কাব্য' দগী শৈরেং মতেক অমা লৌখৎচগে, মতাং অসি ঈশ্নুং ঙানলকপগী অয়ুক্কী ফজবা থারকপগী শৈরেংনি। হেন্দোরক্লে অঙানবা শেনজিং-চীংগী চীংয়াঙদা। ফমদেংবগুম ফম্বানথক চীংঙ্ থম্বাল খোঙহৌবা মিৎন্না থম্বাল মানজবা মিৎচি, খোইখোই তেংগা থোং। য়েংজরক্লে মলেম তম পুক্নিং হেদৌ তন্না কা হেদৌজরি মালেমসু শীংঙেল শন্নুংনরবী। তমফা পরেং ঙক্তথোল মুজা থবাক পুমলং লং। ইপোম্মরি খোনজেন্ন মুংশিরবা উকোন্নুং। পুং শেন্ন লাইন্নুমিৎ নিনজবগুম লাইকোনন্নুং। হেনজরিয়ে থম্বাল লাইজথক্ত অরুবা। কংফান্দনা মুমিৎলৈ সনামচু হেন্নরৈ। শীংঙেল থম্বাল শয়েং ঙা কোরৌ মুংশি শীংনরৈ।" (মেঘনাদ বধ কাব্য, লামায় ১-২) অনুবাদ অসিদা শীজিন্নরিবা লোল অমসুং শৈলী অসি য়েংলগা মৈতৈরোলনা অরায়বা লোলনি হায়বসি কনানা হায়বা ঙম্বগে? মীনকেতনগী রাহৈগী জগৎতা চংথ্রিবা কনাগুম্বা অমদদি শৈরেংশিং অসি য়াম্না লুনা থোকলম্বা য়াই অত্তুবু তাংথক নাইবা ঈচেলগুম্না তাল, লয় অমসুং সুরগা কোন্নবা চেনথরক্লিবা লোলগী মশক অসিনা মন্নুংগী অর্থ কুপ্না খংথ্রিঙৈদা অপাবশিংগী থম্মোয়বু লায়না চেন্দুনা পুখিবা ঙমই। য়াই থারবা

লিলগুম্না ইতে তেহলী। মসিনি মীনকেতনগী লোলগী গুমহৎয়াই।

অরোইবদা মীনকেতনগী ৱারেংগী মশক অসি পলগৌদ্রবদি মহাকী লোল অমস্মুং শৈলী মরমদা নৈনবা অসি মপুং ফাবা ওয়োই। শৈরেংদা কবিনা মৈতৈরোলগী অনৌবা মথেল অমা শেম্নবা হোৎনৈ। মীনকেতনগী ৱারেংশিং অসি মহাককী শৈরেংগুম্না, ৱাকোই গুদে, ৱাহৈগী লৈতেং অমস্মুং প্রমান-পানথৈনা পিকথল্লি, খজিত্তনা-হায়রগা অর্থ য়াম্ন পীননবা হোৎনৈ। করি কয়িগুম্বা মতমদা মখোয়শিং অসি ৱারেংদা ইবা শৈরেংগুম্না পোকহলকপস্মু য়াওই। মীনকেতনগী ৱারেংগী নিংথিবা মশক অমা য়েংগে হায়রবদি শোক ১৯৫০ দা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান-হানবা সমলোচনাগী লাইরিক ওইনা মঙাল উথিবা, মৈতৈ উপন্যাস' হায়বসিদা উবা ফংগনি। মতাং অমদা ডাঃ কমলগী 'মাধবী' উপন্যাসকী মরমদা নৈনরকপা মতমদা অইবনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈগী লৈতেং অসি য়েংবিয়ু: 'মাধবী' জগৎকী নীংথজনবা শককম অমনি। নোংজাগী ওইবা শকফমনি। নোংয়ায় চাবুক লোনথবা, থানস্মু লৈথরক্লবা, লৈথরক্লবা থাগী থাবল্লা অহিংগী লৈচিল নোংফাইগা লানসিংনরকপা, থরানমিচাকশিংনা তাম্ন নোংথক্তন মমিৎ কুপতনা করম লানবাংসিংগে মতাগুম চৌংনা চৌংনা থোক্লুনা লৈরকপা, অতুগা অমরোমদনা অমমবা হায়বা শাগৈ অতুনা মঙাল অসিদা মায়থৌপ্রবদি মওংগুম ৱারুম উরুতমদা উখোঙ ফমতুনা লাইনিংবগুম য়েংলকপা, মদোম ফৌরোই চৎপা নোংজা তাবা মালংনা হাইরো ঙামলো চংলকপ উপল ৱাপালনা মাগী মতৌ তম তাককা য়েংকা হাইরকপা, মখোয়গী মখোঙ থুপলিবা অমম্বা শাগৈনা

থাবল্লা উথিবা তারে মতাঙুম উরুম থিনা থিনা থ.পললকপা নোংজাগী শকফম উরব্রা ? মাধবীগী শকফম অতুনি।" (মৈতৈ উপন্যাস লমায় ২৫-২৬) অমুকসু অইবনা খাইরাকপম চাউবগী 'লবঙ্গ-লতা' হায়বা উপন্যাস অসিগী মরমদা থারকপদা শীজিন্নরিবা লোলগী মশক অমগা য়েংবিয়ু : ''মসি মৈতৈ সাহিত্যে জগৎমুংগী নিংথিজরবা উমং অমনি, মসিগী মমুংদা চংথ্রবা ভাবোক্কা থংহন হন্দোকপা রায়। মফম অমদা লৈরাং কুনজলতা সনানা লৈশকনা মিৎলম পুল, লৈনমনা পুক্লিং সুম, লৈচুনা উমংগী শরুক অমা ভাল, ফুগায়না শাংলি। মফম অমদা লৈনম লৈখোং মুন্দ্রিবনা ককভাওনরবা খোইমু লবঙ্গ লৈখোং লীনা লীনা পাইরি। মফম অমদা অমূক পামেল লবঙ্গ উকাদা উরীগী জাংতা পোকলবী কুনজলতা হাইনা হুম্না য়ানজরি। নাকপাক অমদা কোরৌ শানোংবগী অয়াকপা মঙাম্না মিৎ তরং হৌরি। অচিকপা উমংগী শরুক অমদা তুমা কায়রবা চেকলা নবীননা মুংশি মুংঙোল কাঙভাওনা লৈনা লৈনা পোম্বী ইন্দুরেখা মঙুংলাং পাইরি। অমুক মফম অমদা তুমা কায়রবী ভামু থঙ্গোং লতাসনানা মুংশি মুঙঙোল তুফকনা কায়নবগী লানঙমদ্রবা তোর্বাল চাংজোদা তাহুনা লৈরি। কনানা থাহুনা লোইগনি।" (মৈতৈ-উপন্যাস, লমায় ৫৮) মসিদা শীজিন্নরিবা লোলগী স্তাইল অসি মহাককী অতৈ অতোপ্পা রারেংগী লাইরিক 'ভাঙ্গোয় পরেং' 'অঙাংগী রামায়ন' 'ভারত চম্পু' অমদি অতৈ চোয়না ইবা রারেংশিংদসু নিংথিনা মমি তারি। রাহৈ অমগা প্রমান অমগা হায়নবা মৈতৈগী রাহৈতুনি মীনকেতনগী রারেংশিংদা উরিবসি।

মরু ওইনা মীনকেতননা মীওইবগী অপাম-মুংশি শৈথারকপা, নায়ক অমসুং নায়িকাগী ফজবা শকুম য়েকলকপা অমদি করিগুম্বা দ,শ্য অমা, থোদোক অম শীংথারকপদা শীজিন্নরকপা মৈতৈরোলগী স্টাইল অসি তোপ-তোম্বা মশক অমনি। মহাত্মা মণিপুরী সাহিত্যদা লোলগী মাইকৈদা তৌরিবা দান অসিবু কুপ্না য়েংলগা "মীনকেতনগী লোল" হায়বা ৱাহৈ অমা সাহিত্যগী দিকসানারিদা চাউনা হাপচিনবা তঙায়ফদে। শৈরেংবু পামজবা, শৈরেংদা ঙাওজবা, ৱাহৈবু ন,ংশিজবা ৱাহৈগী শুমহৎয়াইদা চাক্লিবা ওনবা গুম্বা কবিনা পুন্সিগী অথেংবা তাংকক অসি ফাওবদসু বিদায় পিনা পিনা কবতাবুদি থাদোক্ক,না চৎপা ঙমদ্রি—

কোলোয় ফাম্ন ৱাহৌগে মুংশি নঙবু ঙসিদি
হায়ু তাসি কবিতে, করি লাক্লি হৌজিক্তি।
পুন্সি কোরৌ য়াচং তম হুল্লে নোংচুপ চীংগী কোল
য়োগদোরে য়েংউনে য়াচঙলৈমা মশাইগোল।
হায়যু নঙবু মবেম্মা কৈদৌরুনি হৌজিক্তী
মুংশি নংবু খল্লুনে, কদৌননি ঙসিদি।

(অশৈবগী শৈরোই, লামায় ১)

কপ্পা কপ্পা মুংহিক্লনা, পিরোইননা, অরোইবা ওইনা কবিনা শৈরেংবু থাদোক্লগে হায়না ইরকপা বিদায়গী ৱাহৈ খরনি। অদুবু ঙম্লগদ্রা কবিনা চত্ত চৎপা শৈরেংবু থাদোকতুনা ?

— —

# মীনকেতনগী অনুবাদ সাহিত্য

ডা: আই আর বাবু সিংহ

মীনকেতন, হায়বদি ওজা মীনকেতন সিং অসি পুকনিংদা চৌন্দা হেক পনবদা ওজা হায়বা ৱাহৈ অসি থাবলগী মঙালগা অইংবা, অকিবগা অমদি মুমিংকী মঙালগা মৈশাগা লোয়নবগুম থাদোক্লবা য়াদনা লোয়নতুনা লৈ। ওজা মীনকেতনবু হৌজিককী মনিপুরী সাহিত্যদা ঐখোয়না খঙনৈ,

শালি কুমলাংনা কুমওনবা
তরানিপান্না ওইওইনা
নিফুগা তরুক ৱায়রকপা
মৈতৈ সাহিত্য জগৎমুং
কুমলাং চনী মমলুবা তুং
নোংনা ঙানফুংদা তৌবরাই
অমম অঙাল শিন্নরকপা
মৈতৈ ইমারোল য়াওনঙৈ
চেক্লা কয়ানা শৈরাংঙৈ
মখৌ পোঙনা শৈরাংখিবা

(কমলদা)

'য়াম্বা অশৈব চৈজিং খুমাবা' গ্রান্দ ওলদমেন ওফ মোর্দন মণিপুরী লিত্রেচর। হৌজিককী মণিপুরী সাহিত্য হায়বসিদা ওজা মীনকেতনগী মহৈ, ওজাগী লোন অমসুং স্টাইলগী তোপতোপপা শক্তম অম উৎলিবা শীংথানরিবা কবিনি, সাহিত্যিকনি, পন্দিতনি।

হৌজিককী মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানরিবা ওজা মীনকেতনগী অনুবাদ সাহিত্য হীরম অসি নৈনজবদা লৌখৎচরিবা লাইরিকশিং অসি মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা অহানবা ওইনা ফোঙখিবা চহিগী মতুংইন্না লৌখৎচরি। খৃষ্ট কুম ১৯৮০ দা ওজা মীনকেতনগী মণিপুরী অনুবাদ মাইকেল মধুসূদন দত্তগী "মেঘনাদ বধ কাব্য" গী শক্তিনির্ভেদো-শক্তি পীবা হায়বা শক্তিশেলনা লক্ষনবু হাৎপগী মতাং অসি অনুবাদ তৌরুবগী মরমদা 'ওজানা' 'রা অমা অনিদং হায়বসিদা হায়রি,।

লাইরিক অসিনা মকোককী সর্গ তরুক য়াওদনা তরেত্তগী হৌজরিবনী কেন্দ্রীয় সরকারনা প্রানতয়ভাষা ফংককৎনবগী মরম ওইনা কবিবর মধুসূদনগী মেঘনাদ বধ রুপানতর তৌনবা তাকপীরকপা য়াথং তাজরুবা, অমনা, কবিরত্ন হরাইবা নবদ্বীপচন্দ্র সিংহনামথককী সর্গ তরূককি লোইরম্মে হায়বা খণ্ডজরুবগা মরম অনীসিদগী মণিপুরগী নোনা হৌরকপা পাঠকশিংনা অমরকবি মধুসূদনগী, অমৃত চেল্লবা খোজ্জেদগী শিনথরকপা নীংথিজরবা "মেঘনাদ বধ কাব্য" মপুংফানা কখণ্ডনরবদি হায়না মমৈগী অরাৎপা অহুম হান্ন পায়খৎচরুবদনি।

সর্গ অহুমসিগী মন্নুংদগী তরেৎশুবা সর্গ অসি কোঙলে, লেমহৌরিবা নিপালশুবা অমস্থং মাপলশুবা সর্গ অনী অসিদি কোঙত্রি ।

ওজানা রূপানতন হায়বদি করিগুম্বা লোল অমদগী অতোপপা লোন অমদা হন্দোক্লুনা, মশক ওনথোক্লনা পূথোরকপা সাহিত্যগী সাধারন ওইবা রাক্ষম খরা রা অমা অনীদং' হায়বসিগী অহৌবদা মথাগী অস্থমনা পল্লি :

থম্বাল মশানা ফজনা পোকচরবা লৈনি । লৈশক হেল্লি লৈচু ফজে, লৈতৌ সুংশি লৈনম খোয়থ্ মনৈ-লৈগী অরাৎপা অমত্তা মঙোম্বা লৈতে । অচুনা ফজবগী ভাবুক, নীংথিবগী পুজারী শিংনা শাদোকপস্থ য়াওই-য়েকথোকপস্থ লৈ । ফজে, নীংথি পাল্লি-লৈশক রাক্তে, লৈতৌদা তাদে, অচুবু লৈনমদি য়াওদে চেন্নৌ হায়বা খক য়াদে অরুবদা তাবা লৈগী লৈমিদস্থ অচু মঙায় । লৈশক, লৈতৌদা, রাক্তুতাদবদ নত্তনা লৈশানা হাইরে হাই, নৌরে নৌই পুম্মান মান্নে অচুবু লৈনমদি চেন্নদে শীজন্নবস্থ য়াদে । অচুনা, ফজবা লাইরিককী মফজা নীংথিবা লাইরিককী মনীংথি অনুবাদদা ফাওদে-ফাও হায়বা খক য়াদে । মসি অনুবাদকী শাগোন্নরবা দোষনি । অসিদগী অখণ্ড-অহৈশিংনা অনুবাদগী মতমদা লোনয়ায় হোন্দুনা চৎনৈ লোনয়ায় হোনবনা অনুবাদগী লম্বীমকনি তাকনৈ ।

সাহিত্য; সাহিত্য অদুবু শেমলিবা, ইৱিবা মীশক অদুগী পুকনিংগী মশকনি, ৱাখলগী মূর্ত্তিনি, ৱাহৈগী, লোনগী মতেংনা শেমগৎলিবা শিলপীগী খুৎশেমনি। মৱম অসিনা স্টাইলগী মৱমদা হায়নৱকপদা তত্তুনা পন্নে' স্টাইল ইজ দ মেন,' স্টাইল হায়বসি মত্বু শেমলিবা, পুথোকলিবা মী অদুমকনি হায়না। মসিমক ওজা মীনকেতনগী মতাংদদি চপচানা চুন্নবনি। হৌজিক্কী মনিপুরী সাহিত্যদা' মীনকেতন স্কুল ওফ থোৎ' মীনকেতন কাঙলুপকী ৱাখল পৱিং কৌবা য়াবা ওজানা উৎলিবা য়েংলিবা মীৎয়েংগী মন্থংদগী পুশিনবা য়াবা স্কুল অমা লৈৱবৱা লৈত্রিৱবা নত্রগা ওজাগী মীংয়েং অসিবু ৱাহৈ অসিনা কোনশিন্দুনা শীংথাবা চুমবৱা হায়বসিদা মীৎয়েং খেন্নবা লাককনি। অদুবু মীনকেতনগী লোন, মীনকেতনগী স্টাইল হায়না শীংথাবা য়াবা, উৎপা য়াবা লোন অমসুং স্টাইল অমদি ওজানা মনিপুরী সাহিত্য'দা ময়েক শেংনা, মৱীক চুমনা পুথোকপিৱকলি, উৎপিৱকলি, শৈৱেং, ৱারেং অমসুং সাহিত্যগী মখল কয়াগী মইদা। মাইকেলগী মেঘনাদবধ কাব্যগী লোনগী মতাংদা মহাকনা সংস্কৃত ৱাহৈ য়াম্না হেনজিননা শিজিন্নবা অমদি অৱিবা লোনগৈ দিকসনারীগী লমায়দা কাউথোকপগা লোয়ননা য়াওতুনতা লৈঞবা লোন কয়াবু পুথোক্তুনা শৈৱেং অসিদা শিজিন্নৱকপদা অহানবদা অপাবশিংগী নাকোংদা তায়োন্নবা মান্না থোকলকপ সাহিত্যক ওইবা সাধু 'ভাষা' হায়না খঙনবা লোনগা অয়ুক মুমিদাং খুন্নাইগী পুন্সিদা শিজিন্নবা লোনগা তিন্নহন্দুনা পুন্না শিজিন্নবা, ৱাহৈ পৱেং অমসুং লোন শিজিন্নবগী মতাং কয়াদা

চংনরিবা ব্যাকরণগী নিয়ম ঙাকনা নিংতম্বা মওং অমদা শিজিন্নবা অমদি রাহৈ রাতা কয়াদা য়াওরিবা লোনগী ওইবা খোইথুন্নবা তাবদা নুংঙাইবা পোকহনবা ফেন্জেল মিয়ুজিক অসিনচিংবসিং অসি মথোই-অহেননাইনা য়াওই। ওজা মীনকেতনগী মনিপুরী অনুবাদ অসিদসু অসিগুম্বা মখলগী লোন, রাহৈ-রাতা কয়া পুম্না নংত্রগা তোঙান্না পুশিল্লকুনা মনিপুরী লোনগী অনৌবা মশক অমা উৎলকই :

ইনুংইরাইপাল লোক ইফুজবা লৈরাংগুম
লাইজাতম্ন ইফুজ হৈনম লৈনমনা হারবা
থায়া ন্নিক্লিক্লরবী নীংথিরবী প্রমিলা
শম্নাংমগী শমনুংশি শমজিশমনোন তানা লোল
তমফা পরেং য়ায়দা য়েপ শমলৈ চানা শমজি লৈ
মুজা মকে সেমজরি (লাঃ ২)

মথককী অসি মাইকেলগী মথাগী অসিগী অম্নুবাদনি,

নিশার শিশিরে যথা অবগাহে দেহ
কুসুম প্রমীলা সতী, সুবাসিত জলে
স্নানি পীনপয়োধরা, বিনানিলা বেনী। (৫ম সর্গঃ ১০-১২)

মণিপুরী অম্নুবাদ অসিদা শিজিন্নরিব, রাহৈশিং অয়াম্বা 'ইমুংইরা-ইপাল লোক,' 'শমজি শমলোন তাবা লোল' অসিনচিংবশিং অসিদা য়াওরিবা, পুনশিল্লিবা অরিবা লোন অমসুং অনৌবা অনী অসিনা তাবদা সহিত্যিক ওইবা মখলগী রাহৈ রাতা ওইনা থোকহল্লি। 'থাজকোকথোল্লেজেংবা' 'লোইবী নোংত্রেনচীং'

'শমরাউঙ্লুতোনকিশিবা,' 'তিমেন তাবাক খুৎসুবা,' 'লোলনৈলোনফায় মরিবা' 'নোংদোননোংলেননোংথোবা,' 'লাংগোইলাইশাখোঙদম্বা,' 'পোনোইখাম্বীমৈবুনগুম,' 'খোইখোইশমলাংশমলেপফাশমলেল-শন্নং-নরবী,' ধম্ম'ঙাইওইনদবা,' 'কোরৌঅঙানপানথোইব' 'মোংবয়ুমজাউ-মৈরায়রক,' মালেম মীপোক ওংনরায়,' 'শা-মীয়াঙবপাজুম্বা' অসিনচিংবা রাহৈশিং অসিদা য়াওরিবা অরিবা অনৌবা লোনশিংগী পূনশিন্নরক-কপদগী থোরকলিবা অনৌবা মশক অমশুং তাবদা মুংঙাইবা মতৌ অসি মরাঙ কায়না য়াওরি।

লোন, রাহৈ-রাতা কবিগী পুকনিং ফোঙদোক্নবগী শাদোংনি মরম অসিনা কবিনা মাগী পুকনিংগী ইহুল ফোঙদোকনবা লোন মরক মরক্তা মশা মতোমতনা শেমজে। সেক্সপিয়রনা "হেমলেট" তা, sicklied o' er with the pale cast of thought

( III, i )

হায়না sickly হায়বা রাহৈসি অহুগা অমুক "মেকবেথ" তা,

No, this my hand will rather
the multitudinous seas incarnadine

( II. ii )

হায়বসিদা incarnadine হায়বা রাহৈসি ময়াম্না শিজিন্নবগী রাংমদা শিজিন্নৈ মওং কয়া লৈ অমশুং মীনকেতনগী মণিপুরী অসিদশু য়াওরি;

রা ঙাংলম্বা লেপথরে বীনাখোনকমনরবী,

অহুগা, চীংগোয়জেয়ে মুংশিনা ফজলোনচংনজবা অমশুং

লক্ষ্মন শিংগে শরীনা নিকষাগী মচাদো হায়না খোনফম্নবা, লোনচৎনবা, শরীনী হায়বা রাহৈশিং অসিগী সাধারন ওইনা শিজিন্নবগী মওং হোংদোক্লনা ভর্ ওইনা শিজিন্নরকই। ওজা মীনকেতনগী মণিপুরী অনুবাদ অসিদা তোঙানবা কবিগী ওইবা লোন-পোয়েটিক দিকসন অমগী মমি তারি, পুথোকলি।

মাইকেল মধুসূদননা বাংলাগী পয়ারছন্দগী চৎনরিবা রাহৈ সিলেবল তরা মরি লৈবা, পরেংগী নিপালগুবা সিলেবল-খোনথোক্তা যতিক থম্বা অমদি পরেংগী অরোইবদা খোনথোক মাম্নবা রাহৈনা লোইশিনবা মওংগী ছন্দগী মওং অসি থ্‌গাইদুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়দুনা অককনবা অসিগুম্বা অফা-অপুনসিদগী নিংতম্নবা ছন্দ মখল অমা মাগী "মেঘনাদবধ কাব্য" দা শিজিন্নৈ। অসিগী মতাংদা মহাকনা হৈরম্মী,

> "I find that the (medial pause) instead of being confined to the 8 th syllable, naturally comes in after the second, third, fourth... eleventh and twelfth and so on।

ফোঙদোকলিবা ভাব অদুগী অরোইবদা, থোইদোকনা পরেংগী লোইশিনকপা হায়বা থমদনা লেপফম যতি থম্নসি মাইকেলগী অমিত্রাক্ষরগী শক্তম অমনি। ছন্দ মওং অসিনা থ্‌াইনা ভাঙনা-শান্নরিবা মওং-মতৌ ছন্দ অসি ভাকনা থম্নগা লোয়ননা ছন্দগী মহৌশাগী ওইবা মতৌ অমসুং ভাক্লনা লৈহল্লি। ওজা মীনকেতনগী

মনিপুরী অন্নুবাদ অসিদা মরুওইনা শিজিন্নরিবাসি খোনথোক তরা মরিনা শাবা রাহৈ পরেংনি অমস্নুং পরেং অমগী মন্নুংদা য়াওরিবা তরেংশুবা খোনথোক্তা যতি হায়বদি ময়ায়গী লেপফম ওই :

হুন্দোরকলে অঙানবা শেনজীং চীংগী চীংয়াঙদা
ফমদেংবগুম থম্বানথক চীংঙ্ থম্বালখোঙহৌবা ।
মিৎস্নাথম্বানমানজবা মিংচি খোইখোই তেংগা থোং
য়েংজরকলে মালেম তম পুকনিং হেদৌ তন্ন কা ।

মথকী পরেং মরি অসিদা পরেং অমমমদা রাহৈ খোনথোক তরা মরি য়াওই, ময়ায়গী লেপফমনা তরেংশুবা খোনথোক্তা ওই । অয়াম্বা পরেংদা য়াওরিবসি রাহৈ খোনফম তরামরিনি' পরেং অমগী অরোইবদা ভাবকী অরোইবস্নু অয়াম্বদা ওই, মাইকেলগী,

বিলাপের কাল, দেবি চিরকাল পাব ।
বৃথা রাজ্যসুখে, সতি, জলাঞ্জলি দিয়া,
বিরলে বসিয়া দোঁহে স্মরিব তাহারে
অহরহঃ । বনিয়া য়াও ফিরি কেন নিবাইবে
এ রোষাগ্নি অশ্রুনীরে, রাণি মন্দোদরি ?
বন-সুশোভন শাল ভূপতিত আজি,
চূর্ণ তুঙ্গতম শৃঙ্গ গিরিবর-শিরে,
গগনরতন শশী চিররাহুগ্রাসে ! (৫শুবা সর্গ, ৩৪৪ ৩৫১)

পারেংশিং অসিগী খোনথোক মশীং মান্নদে, করিশুম্বদনা রানিথোই, তরামথোই তরামরি অস্নুম তৌনা খেন্ননা চংলি । মনিপুরীদা শরুক অসিবু মথাগী অস্নুমনা হন্দোকলি,

ফংখিগনি রারুন্ন কপ্পনবা ইচাগী
চরৈ ফিজোল তন্ন লুপ শাংন পুনসিংখোঙফমদা
মুৎথৎনবা তৌরম্নু মিংকী পিনা চান্নবি,
পারি কায়ন মৈচাকসে থম্মোই মৈহৌনরিবা।
সনাফম্বাল থাদোকলম অরেম্বদা তারবা
সনালীকথাং চোইনঙায়, কপলুখিনি মুংশিবি
উকোম্নুংদ তরকপা পেন্ন পেন্ন পুনসিচুপ'
তলা' পামেল পুংনরায় উমংলৈতেং চাউদম্ব
তুরেদোসে ঙসিদি মালেমশাংফম য়াহিপ তম,
লোইবি চীংজাউ চীংদোমপোক চাউদমরাংদম ঙালম্ব
নীংখায়রেদো হৌজিক্তি মালেমলৈরীক তন্ন তা,
নোংদোন তিয়া ওংনরায় থাজতম্ফা অহেনবা
তারেদোসে ঙসিদি থাজয়েক্লমখয়াৎ,
চুম্মিবরা পামুবি পনথহনবা খোঙফমসে,
মিংলু পিরাং তন্ন থেম মিংকী পিনা নহাককী
মুৎথৎনবা থৌরাংব থম্মোইখোন্ন চাকলিবা
পারি কায়ন মৈচাকসে পোলোই খাম্বী-মৈরিনম্,

পরেং খুদিংগী খোনথোক রাহৈ ১৪ ¦ ১৪ য়াওই, হন্দোকলিবা মওং অসিসু য়াম্না শন্দোকনা মমুংতানা তাকপা অমরোমদা হায়রগা ওরিজিনেলনা পীরিবা ফোঙদোকলিবা ভাব অদু এক্সপ্লেনেতরি ওইনা ফোঙদোক্লুনা উংলি।

নবদ্বীপচন্দ্রনা হন্দোকলম্বা "মেঘনাদ তুবা কাব্য" দা মণিপুরী অরি অনৌ রাহৈ পুনশিল্লগা শেম্বা নত্তবা, অমুক মুমিদাং পুনসিদা শিজিন্নবা লোনগী মশিজিন্ন অমস্তুং পুনশিনবা হৈবদগী থোরকপা তাবদা মুংঙাইবা, ফজবা রাহৈ কাংলুপকী ওইবা লোন, খাম্বী মৈরী ওইরবী জানকী,' 'থম্বাল শাঙবা লৈখোক, দোলাই লানথেং চংথোনবা' অসিনচিংবা রাহৈ কাংলুপ কয়া য়াওই। ওজা মীনকেতনগী লোন্দস্থ শেমবা হৈবা অমস্তুং অরি-অনৌ য়ানশিন্নরগা তোঙানবা অর্থ অমস্তুং ছন্দগী মতৌ ফোঙদোকপা রাহৈ রাতা কয়া কয়া য়াওরি

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "গীতানজলি" অমুবাদ খৃস্টঃ কুঃ ১৯৬৪ দা ফোংডি। রুপান্তর অসি বাংলাগী নত্তে, ইংরাজী 'গীতানজলি" গীনি হায়না 'রুপান্তর কর্তাগী রারোল থরদং' হায়বসিদা ওজানা পনবিরি। ইংরাজী "গীতানজলিগী নত্তে, ইংরাজি গীতানজলি" গী শৈরেং ১০৩ মক অমুবাদ তৌরি শৈরেং অমনীদং লৌখত্লনা য়েংবা য়াই।

তুমি কেমন করে গান কর যে, গুণী,
অবাক হয়ে শুনি কেবল শুনি।
সুরের আলো ভুবন ফেলে ছেয়ে,
সুরের হাওয়া চলে গগন বেয়ে।
পাষাণ টুটে ব্যাকুল বেগে বেয়ে
বহিয়া যায় সুরের সুরধনী।
মনে করি অমনি সুরে গাই,
কণ্ঠে আমার সুর খুজেনা পাই।
কইতে কী চাই, কইতে কথা বারে—

হার মেনে যে পরান আমারে কাঁড়
আমায় তুমি ফেলেছ কোন ফাঁদে
চৌদিকে মোর সুরের জাল বুনি।

মথাগীসিনা ওজা মীনকেতনগী মনিপুরী অনুবাদনি,

শৈশকসে নঙী, থওদে, কবি করম শকলিবা,
মুল্লিনে ইবুঙো তাবদা মুনজেনে।
ইশৈগী মঙাল তারি মালেম শরা শল,
ইশৈগী নিংশা হোল্লি মালং খোঙ্গ খোল,
ইশৈগী গংগা চেল্লি মুংথোঙ লোইনা হাং
চেল্লি লৈনা লৈ ঈরাউখোললোয় চোংন চোং।
শকচগে মনীঙি তুংইন্ন শৈশক্কো,
তারোদি ময়াদে খোনাউদা শৈহেক্কো,
শকলগে মনীঃঙি নীংবদি মথুংদ্রে
মায়গৈ মরি লাংগোয় চল ঈশৈনা ঐবু
করিনো করিনো লাক্রিবসিবু।

মথংগী শৈরেং অমা,

তোমার সোনার থালায় সাজাব আজ
দুখের অশ্রুধার।
জননী গো, গাঁথব তোমার
গলার মুক্তহার।
চন্দ্রসূর্য পায়ের কাছে,
মালা হয়ে জড়িয়ে আছে,

তোমার বুকে শোভা পাবে আমার
দুখের অলংকার।
ধন ধান্য তোমারি ধন,
কী করবে তা কও।
দিতে চাও তো দিয়ো আমায়,
নিতে চাওতো লও।
দুঃখ আমার ঘরের জিনিস,
খাঁটি রতন তুই তো চিনিস—
তোর প্রসাদ দিয়ে তারে কিনিস
এ মোর অহংকার।

মনিপুরীদা হন্দোকলি মথাগী অস্তুমনা,
কচ্চগে ঙসিদি নংগী সনাগী শেঙ্গাদা
অৱাবই পিরাং পরেং।
থোন্নবা, ইমা, নংগী নঙক্ত
লেংজগে তমফা-পরেং।
মুমিং-থানা পরেং ওইনা তা
চঙজরি খোগল খুয়াখাদা,
লৈতেংজনি নথবাক থোনবিসি ঙক্ত
অৱাবই লীকাং-পরেং।
ফৌ-চেঙ লনথুম নরগ্নি নংগী
কদোননি ঐঙোন্দ।
পীনরে ফৈ পীনদ্রে কদৌনি

তৌবিয়ুনে নীংবদ।
অরা-নং ইরন্নিদো ইশাগী
অশেংবনি থংডি নং, ঐহাকী—
য়োনজরগে লৌবিরো নংগী থোজান্দ
নাপনগী লীকলাং-পরেং।

রবী ঠাকুরগী অতোপ্পা শৈরেং অমনা,

জীবন যখন শুকায়ে যায়
করুণাধারায় এসো।
সকল মাধুরী লুকায়ে যায়
গীতসুধারসে এসো।
কর্ম যখন প্রবল-আকার
গরজে উঠিয়া ঢাকে চারি ধার
হৃদয়প্রানতে হে নীরব নাথ,
শান্তচরনে এসো।
আপনারে যবে করিয়া কৃপন
কোনে পড়ে থাকে দীনহীন মন
দুয়ার খুলিয়া, হে উদার নাথ,
রাজসমারোহে এসো।

মসিবু মনিপুরীদা মথাগী অসুমনা হন্দোকলি,

শিনথবিরকউ থোজালগী ঈরী ওই
থম্মোইনা কংজরবা তাল।
লেংথরিরকউ মুংশিবা ঈশৈ ওই

ফজ.' পুন্না মুংলবা কাল
থবককী ইরাংন মশা নিন্ন নিন
খোংনা লাউনা লাক্লবা, মায়পৈ পুম্নিন নিল
লেঙকউ ইবুঙো চিক্লবা থম্মোইস্নুং (অরাৎপা)
ঈংনা তপনা খোংদোই হুল ।
পুক্লীংন মদোম মশা আপঙবা শীজ
ইমূং কাজুম লাং তান্নবা পিদোম্নজ
লেঙকউ ইবুঙো খোঙনা কাঙ থাংবোকন্নুং
চাউনা নিংথৌ খোঙদোই হুল ।
মিত্ত উফল চাই ইবুঙো, অপাম্বনা
ইমিংসি উদ্রবা, নঙাল চাউনা নংনা
লেঙকউ মিংপাংনবা, শেংজবা খোঙনা
কাঙ, রুদ্রগী খোঙদোই হুল ।

মথক্তা লৌথুংচরিবা "গীতানজলি" গী মণিপুরী অনুবাদকী শরুক থরসিদগী ঐখোয়না থেংনরিবা শকফম থন্না নৈনবা য়াই । রোর্বাট ফ্রোস্টনা হায়রম্বা শৈরেংদি অনুবাদ তৌরবদা মাঙদনা হিংহুনা লৈহৌবা অহুনি poetry is that which survives translation—হায়বসি "গীতানজলি" গী অনুবাদতা হেন্না চুম্না থোকই হায়না লৌবা য়াই । অনুবাদ তৌরকপদা শৈরেং অহুগী হান্নগী মশাগী মগুন ওইনা য়াওজরম্নবা ছন্দগী অকুপপা, অথ্পপা মশক, ইমেজরি, শৈরেংগী মওং নমুনা, ষাহৈ-ষাতা পুম্নমক অসি য়াম্ন মাঙখি, লৈহৌদে । শৈরেংব অনুবাদ তৌরগা ঐখোয়না

পাবা কংলিবসি য়াম্না হেনজিন্না মহাও মাঙলবা, য়াওদ্রবা রাক্ষম খরগী চুম্না খঙহনবা শরুক নৎত্রগা শৈরেংদা শৈরেং ওইমনখিদ্রুনা তশেংবা শৈরেংদি য়াওদ্রবা শরুক অদুনি

No better than statements either too prosaic or too poetic without being poetry.

রাক্ষম অসি রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংবু অনুবাদ তৌবদা হেন্না চুম্না থোকই। রবীন্দ্রনাথপু মশক খঙবা, মরুওইনা, কবি অমা ওইনা, হায়বসি মাগী পর্সোনেলেটিবু মশক খঙবনি, রোমন্তিক অমা ওইনা, রবীন্দ্রনাথপু মুদ হায়বদি পুকনিংগী তোঙান তোঙানবা শকলোন পুবা, খঙবদা লুরবা মায়খুম উপলিবা কবি অমা ওইনা রি লিয়ম রেদিসকী রবীন্দনাথতগী শৈরেংগী ইংরাজী অনুবাদ "সেলেকটেদ পোয়েমজ" (১৯৮৫) বু অয়াম্বনা রবীন্দ্রনাথপু নৌহৌনন। মশক তাকপ নি; মাগী অনুবাদ অসিদা রবীন্দ্রনাথতকী রেদিসকী শরুকনা নমনা য়াওরবসু শৈরেংশিং অসিদা মনা কবিবু শকখঙবগী অনৌবা অমা উৎলি হায়রিবসি মহাকনা রবীন্দ্রনাথপু রবীন্দ্রনাথ কবি অমা ওইনা মুন্না উবা ঙমবদগীনি। ওজা মীনকেতনগী মইগী মেন্নরিজম হায়বদি ওজাগীতা ওইবা লোনগী মশিজিন্ন রাহৈ পরেং শেমজিনবগী মওং অমসুং পুন্নমক্কী মথক্তা ওজাগী পরসোনেলেটিগী মতৌ অসিনা ওজানা অনুবাদ তৌরিবা শৈরেংশিং অসিদা তোয়না তোংদুনা য়াওরি। রাহৈ শিজিন্নবদা প্রোনাউন হন্না হন্না হাপপা, নখুৎ নংগী "ইশাই ইয়ুম" থরাই মাগী অসিনচিংবা অমসুং রাহৈগী মাঙদা অতৈ ময়েক হাপচিন্দুনা খুদম ওইনা থ্পখি হায়বসিগী মমাঙদা' ম' হাপচিন্দুনা

মথ্‌ পখি, । উজেগী' মমাঙদা 'ম' হাপচিন্দুনা 'মউজৈ' হায়না ইমফেসিস পীবগী মওংদা শেমলিবা ৱাহৈনচিংবশিং অসিনা ৱবীন্দ্র শৈরেংগী মুদ অমসুং এদমোসফিয়ারদা থোইনা মতেং ওইদে। মথক্কু পনজখিবা মাইকেলগী অমুবাদকী মতাংদা পীরিবা 'লোনয়ায় হোনবনা অমুবাদকী লন্থীমকনি তাকনৈ. হায়রিবসিগী পংথৈদা ৱবীন্দ্রনাথকী ''গীতানজলি'' অমুবাদতা শিজিন্নরিবা লোন অসি য়েংবদি শৈরেংদি ওইবা য়াই অহুবু ৱবীন্দ্রনাথতি শকউদবগুম লৈ হায়বা তাই। সেক্সপিয়রগী "দি রেপ ওফ ল্যাক্রসি'' (ল্যাক্রসি ফন্নবা) হায়বা শৈরেং অসি খৃঃ কুঃ ১৯৬৫ দা ফোঙবনি। শৈরেংসিগী মতাংদসু 'রুপানতর' সিগী মরমদা ৱাহৈ অমনীদং' হায়াসিদা ওজানা পনলি,

লমদদঃ নত্তনা ৱাখলদ মিৎয়েংদ মীওং অনীসি নোংপোক নোংচুপ অহুম তামনৈ। অহুনা ইংরাজী কবিগী শৈশকক মৈতৈ অশৈবগী শৈশকক য়াম্না তৈনৈ। মহাকবিগী শৈশক অসি মকোক মতোল চপচানা থম্মবদা মৈতৈ নাকোংগ চুনবদবা, মৈতৈগী ৱাথল্ল নাতোন নাকচি কাঙদবা ঙমোইদোবা মতাং কয়া কয়া য়াওবনা মৈতৈগী ওইনবা য়ানবা অমুবাদদ অমুবাদ ওইনা তৌদনা রুপানতর ওইরপ

থমজৈ।

হায়বদি, দি রেপ ওফ ল্যুক্রেসি শেংনা অমুবাদ নত্তে, অমুবাদ তৌরীবা কবিনা মশাগী ওইবা শরুক কয়া হাপচিল্লগা লমদমসিগী

অপান্নগা চান্নহন্দ্না পুথোন্নকপা শৈরেং অমনি। রারীনা রোম চম্ন লুক্রেসিবু মপুন্নোইনা, কোলোটিনসনা লান্দা চংথ্রিবৈদা টারকননা নমত্তনা ইজ্জৎ মাঙহনখিবগী রারীনি মপুন্নোইবা লৈত্রিবৈদা ইজ্জৎ মাঙহনখিবী অসিগী রারীদা মণিপুরীগী মহাও, মণিপুরীগী মীৎয়েং মতাং মতাং কয়াদা য়াওহল্লি।

রাশবনা রাঙাইদা রাঙাং লৈথেং ওইনবা
সুররনি মুজাবু কোংলরনি টারক্কিবনবু।
পেনালুরেল থাদা থোং য়েংকী খুৎনা চৈজিংখিং
শমু ওয়না মরোল হাপ অশৈবনা শৈশকদৈ

রূপানতর তৌরিবা শৈরেংগী পরেং অমদা অয়াম্বদা খোনফম তবা মরিনা শাবা রাহৈ পরেং ভাক্তা ওইনা তৌই অমসুং শিজিন্নরিবা রাহৈ-রাতা, লোনসু ওজাগী অরি-অনৌ পুন্না য়ানশিনবা মওংগী চৎনবী অচুনি ওজাগী ইরগী মেনেরিজম অমসুং তোঙানবা পোয়েটিক দিকসন অচু রূপানতর অসিদসু মরাং কায়না য়ওরি। অমরোমদা হায়রবদি শৈরেংগী রারী মওং, শৈরেং অসি মুদ অমদি এদমোসফিয় শিজিন্নরিবা স্টাইল, মেনেরিজমশিংগা তোয়না তৈননা থোক্কে হায়বা য়াই।

ওজা মীনকেতনগী মরুওইনা অনুবাদগী লাইরিক অচুম অসিগী মনুংদগী ওজাগী স্টাইল অমসুং ইবগী মওং হায়রপ চাশিন্নরা কোঙদো-কপাঙম্বদি মাইকেলগী "মেঘনাদবধ কাব্য" গী শুবা শুবা মতাং অমসুং সেকসপিয়রগী "দি রেপ ওফ লুক্রেসি" নি। শৈরেং অনী অসিদা উৎলিবা ভবা, মীৎয়েং অমসুং মুদ অসি ওজা মীনকেতন্না শিজিন্নরিবা

য়াহৈ-য়াতা, লোন, স্টাইলশিং অসিগা পকশিন্নবা লৈমিন্নবা য়াই : অদুবু হৌগংলকনা পনজাখিবগুম ওজাপদা অনুবাদকী, মতাংদা, মশানা ফজজরবা থন্নালদু মতৌ তমদুনা পুথোকপদা থন্নাল মশাগী ওইবা অতৈ মতিকমগুন কয়া শুনা পীবা ডয়বসু মাগী মুংশিবা লৈনমদি য়াওহনবা ঙমদে হায়বগুম অনুবাদশিং অসিদসু ওরিজিনেল ওইবা শৈরেংগী লৈনম অদুদি ফনা নিংথিনা য়াংলি হায়বা তাই। অনুবাদশিং অসিগী অতোপপা মশক অমনা অনুবাদ তৌরিবশিং অসিদা ওজা মীনকেতনগী পরসোনেলেটি, ওজা মীনকেতন মশামক মাঙহনবা ঙমদনা মফম মফম খুদিংদা উহল্লিবা, উংলিবসিনি : ওজাগী য়াহৈ-য়াতা, স্টাইল, মেনেরিজম কয়া কয়ানা তোয়না তোয়না ওজাবু মশক তাকই, খঙহলি-লাইরিক ইবা মী খুদিংমককী মশাগী ওইজবা তোপ তোপ্পা মশক খঙহন্নবা মওং অমা লৈজরবসু, ওজা মীনকেতনগী য়াখল, মীৎয়েং, ওজা মীনকেতনগী অপুনবা শক্তম পুন্নমক অসি মাগী মইদা লোংনবু ওইরবসু ফোংনসু ওইরবসু অথোই অহেন নাইনা য়াওরি, ওজানা ইরিবশিং অসিদা হাপচিন্দুনা অপাবশিংগী পুকনিং, য়াখলদগী থাপতোকহন্দনা ভত্তনা থম্বা ঙম্মি । অমরোমদা হায়রগা, অনুবাদশিং অসি পারুবদা অরোইবদা অনুবাদ তৌরিবদুগী মশকমওং, মতৌ পাবনি হায়না খনবদগী হৈশিংলবা কবি ওজা মীনকেতননা মাগী কবিগী ওইবা হৈশিংবা শিজিন্নদুনা মাগী ওইনা পুথোরক্লবা মই অমা পারিবনি হায়বগী য়াখল অসি শোয়দনা পোকহল্লি ।

# মীনকেতনগী ৱারেং-সাহিত্য

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ ( ১৯০৬-১৯৯৫ ) যুগ পুবা অইবনি। মৈতৈ পুন্নাদা য়াউবা নুরাং গুরু পুন্সিবগুম ("মীরম ওংনা লাইরম চাক্তবা তাইবং মমান্নবশিংনা লাইনি হায়না শীংথাবা") মনিপুরী সাহিত্যগী অরি-অনৌ লংদাইদা লেপ্লিবা হৌক্তিক মতমদা পৌরানিক চরিত্র অমা ওইরবা, সাহিত্য গুবা মীশক অমনি। শৈরেং, ৱারেং, নিবন্ধ নাটক, পুন্সি-ৱারী অনুবাদ, অঙাংগী সহিত্য, ভাষা বিজ্ঞান, আলোচনা-অসিনচিংবা সাহিত্যগী লৈচল অমসুং খুংই কয়াদা মপুংফানা খুদোল তৌরিবা অইবনি। সংস্কৃত, বাংলা, ইংরেজী লোন-অহুম তুনা খঙই। 'মসিগী মথক্ত', অরিবা মনিপুরী সাহিত্য অমসুং কৃষ্টিস্থ মখোঙ শেংনা খঙই। ভারত অমসুং মনিপুরী অরিবা সংস্কৃতি, পরম্পরা অনীগী ঈচেল প ৃরা তিল্লবা পণ্ডিত অমসুনি। লাইনীংগী মতাঙদা তান্ত্রিক সাধনা অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নীংথিবা জ্ঞান লৈ। মশামক গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চেৎনা চৎলিবা বৈষ্ণব অমনি। মাগী সাহিত্যদি ঈরোঙ কয়া ফাংলবা ঈচেলগুম্বনি। মাগী সাহিত্য নৈনবদি অচৌবা কিলা অমগী মন ্‌দা চেৎবগুম্বনি। মাগী ওইবা লোনগী মফোঙয়োক

অমস্তুং খুংই ষ্টাইল অমা হোৌদোক্ না. অনৌবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা, মীনকেতনগী লোন,' 'মীনকেতনগী খুংই,' মীনকেতনগী ষ্টাইল' হায়বা অমা হৌদোক্লিবা অনৌবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী লূচিংবা অমস্তুনি খুংমাবা অইবশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়ারবা অইবা অমনি।

রারেং (এসে, নিবন্ধনচিংবা) সাহিত্যগী মরুওইবা লৈচল (genre) অমনি। শৈরেংনা মীওইবগী নংগী অচুম্বা অমস্তুং ফজবা খিবনি। (man's inner life, his psychic reality, a greatness os life, beauty and harmony,) ড্রামা উপন্যাসনচিংবনা—পুন্সিগী অচৌবা মশক, পুন্সিগী অরুবা মীংয়েং উংলি। (the serious view of life, a grandeur and more dignified aspects of life.) এসেদি মরুওইনা মপানগী পুন্সাদা য়েংই। করিগুম্বা হীরম অমদা মওং তানা ইবনি। পাউজাক পীবা, পাউ তম্বা রারী লীবা ওাক্তনা এসে ওইদে। পুন্সিগী ঈহল, ইমোসন, কল্পনা উংপা ওাক্তনস্তু য়াদে। ফজবা নিবন্ধদি লৈতারবা, রাখল চেন্নবা মীওইবগী থোষ্টোকনি। লৈতারবা তৌশিংগী মপুংফারবা অনুভূতিগী পোথোকনি। মীওইবগী থৃপজবা, লুখনা লৈরিবা ভাব, রাংলবা রাখলবু লোন নীংথিনা শুবা হৈবা মীনা মওং-মরীন নাইনা, কলাগী ফজবা খুংশেম অমা ওইনা কোওদোকপ্নি। অদুনা; সংস্কৃত অলংকারশাস্ত্রনা হায়—"গদ্যং কবীনাং নিকষং বদন্তি।" রারেং শুরক্লবা. ইরক্লবতদা কবিশিংগী (অইবশিংগী মতম থওনৈ। রারেংনা কবিগী মগুণ চাংয়েংনৈ।

মীনকেতন রারেং ফজনা শুবা হৈবা অইবা অমনি। মাগী রারেংদি আদর্শ অমসুং রোমান্টিক ওইবা খুংইনী মওংনি। মাগী অতেমবা অমসুং অশাংবা রারেংশিংদা লিরিকেল অমসুং ড্রামাটিক ওইবা মচাক য়াম্না য়াওবা থেংনৈ। মখোয় ইছল অমসুং ইমোশন মরাও কায়না উংপা য়াম্না য়াওই। অদুবু, মশাগী তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল চেংনা লৈ। রারেংদি মাবা উংলিবা নৈনরিবা হীরমগী অক-ফত্ত উংপদা থোইনা লৈতে। মরু ওইরিবদি—রারেং ইবদুনা হীরমদু মতৌ করম্না শেমশাদুনা উংপগে অমসুং কোকদোকপগে হায়বদুনি। করিগুম্বা হীরম অমবু হেক্তা চুংতাইহন্না, ফজগীম্না অমসুং কমাগী মওং তানা ইরবদি মদু এসে ওইরে। মসিগী লাম্হোকপগী হৈশিংবা, লৈতেং হাপ্তুনা ফজহনবগী মওং অসি মীনকেতনগী শোয়দনা লৈ। মসিদা শৈরেংগী মহাও য়াওবা; লৈরোং য়াম্না হকপা; থওইনা শেম্না লোনগী থুংশেম য়াওবা-"আর্টিফিসিয়েল ষ্টাইল" (Artifical Style) অমত্ত চোংথোক্লকই। মসি মী অতৈগা মান্নদবা, ওকহন্না খোকহনবা মওং অমা ওই। মীনকেতননা মাগী 'আর্টিফিসিয়েল ষ্টাইল' অসি মাগী রারেং ইবগী টেকনিক ওইনা শীজিন্নৈ।

অদুগা, মোংচুপকী সাহিত্যগী এসে ইবশিংদা লৈরিবা, মরম্নাইগী পেন্দবা কোকদোক্লনা পুন্সিবু আলোচনা তৌবগী মওং অদুদি মীনকেতনদা লৈতে। ইংরেজী সাহিত্যগী এসে ইবশিংদি পুন্সিগী নীংবা কান্নবা, পেন্নবা, শাউনিংবা কয়া কোকদোক্লনা ই। ইচম চম্বা অয়ুক হুমিদাংগী খোদোকক্সু থুংথাই। চম্না তৌবা কাগী অমসুং চম্না উংপা পুন্সি খোদোক অমত্ত য়াওই। মীনকেতনদি

পুন্সিবু তাথিবা, শাউনিংবা য়াওদে। কাগী ত্তোবসু হৈত্তে। মাগীদি-থায়নগী আদর্শ ওইরবা পুন্সিগী কজবা মশক, কিদম্নিংঙাই ওইরবা অরাংবা রাথল ইত্তিহাস অমসুং পুরানদা য়াওরিবা কজবা ত্তেন্ন্যাশিং উৎনবা হোৎনবনি। মসিগী কজবা মশক নৈনবা পুথোক্কবা হোৎনবনা মপুং ওই।

মণিপুরী এসেগী লময়ানবা ওইরিবা থাইরাকপম চাউবগা মীনকেতনগা রোমান্টিক ওইবা শাগৈদা পুন্নবসু রারেং ইবা অনীসিগী থেন্নবা মশক অতুম উবা ফংই। চাউবগী খুৎই মকোঙদোক অমসুং মীৎয়েংদা কাহেন্না বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব তাই। মাগী 'কবি' 'ঈশ্বর ভক্তি' অসিনচিংবা এসে থরদি কালিপ্রসন্নঘোষকী (১৮৪৩-১৯১০) নিবন্ধদগী ( নিরব কবি' ঈশ্বর ভক্তি' ) মণিপুরী লোন্দা ইথোকপা শেমদোকপনি। চাউবনা পাউত্তাক পীবা নীতিজ্ঞান তাকপদা পুক্নিং চঙই। বুদ্ধি অমসুং জ্ঞান ফোঙদোকুনা ইবা রিফ্লেক-টিভ এসে' (Reflective Essay) ইবদা চাউবগী মপা লৈত্তে। প্রমাণ-প্রাচুর্যে শীজিন্নবা চীংলেম্বা লোন ওইহনবা অমসুং উচন চেৎনা ফোঙদোকপদা চাউবনা হেল্লি। মানা মণিপুরী সাহিত্যদা চপচাবা এসেগী মশক ('নিবন্ধ অত্তেনবা রারেং) অমা শাগৎলম্মী। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী কালিপ্রসন্ন ঘোষনি হায়না শীংথানবা য়াই।

পার্সনেল এসে ওইনা ত্তোবা নেরেটিভ এসে ইবদা মীনকেতনদি থোইদোক্লা হৈ শিংবা অইবনি। চাউবদোন মত্তোম্দা বাংলা সাহিত্যগী মমি থোইনা তাবা থেংনদে। বাংলা কবি কয়াগী শৈরেংসি লৌথোক্কুনা হাপ্পি। মশাগী ওইবা খুৎই অমসুং

মকোঙদোল্লা অয়াম্বনি। চাউবদৌনা পাউতাক পীগন্দে। অদুগা, মতমগী য়াওন্দা হোংলক্লিবা মশক, কায়থরক্লিবা পুন্সি, মাঙথরক্লিবা ভেল্যু কয়াগী মরমদদি ভত্তনা মুংঙাইতবা, মুংনাংবা কোঙদোকই। বাংলাগী ৱারেং সাহিত্যদা য়াম্না ম্যুজিকেল অমসুং লিরিকেল ওইবা ৱারেংগী মওং পুরকখিবা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী (১৮২০--১৮৯১) মীনকেতনগা নকশিন্না থম্বা য়াই। চাউবা অমসুং মীনকেতন অনীমক লৈতেং অমসুং মকে শেম্বদা হৈ-শিংলবা অইবা ঙাক্তনি। অদুগা মীনকেতনগী মওংদি খেন্নৈ। চাউবনা প্রমাণ-পানথে, উপমা অকনবা বুদ্ধিগী মরৈ, মীঙোল্দগী লোথোক্লকপা কোটেশন কয়ানা ঐখোয়বু থাঙহন্নবা, পুক্নিং চিংশিন্নবা হোংনৈ। মীনকেতননা লিরিকেল ওইবা মহাও হাপ্পুনা, পোইটিক ভিজন অমা পীনবা হোংনৈ। হৈশিংনা লৌবা ৱারীনা ঐখোয়বু শুমহৎনবা হোংনৈ। ইবেনবোক্কী মুংঙাইরবা ফুঙ্গা ৱারীনা ঐখোয়বু শুমহৎপগুম্বনি।

## মীনকেতনগী ৱারেং মখলশিং :

মীনকেতননা হৌজিক ফাওবদা ৱারেংদা ইবা লাইরিক মখল (৯) ছাপা তৌত্নুনা ফোঙলে। মাগী লাইরিকশিং অসি নৈনবদা মুংঙাইনবা চাউরাক্ল। মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখোয়দি: (১) নেরেটিভ এসে (ৱারী ওইনা ইবা ৱারেং), (২) ক্রিটিকেল এসে (আলোচনা, নৈনবা মখলগী ৱারেং) অমসুং (৩)পুন্সি ৱারী (মীগী অমসুং মশানা ইজবা পুন্সি ৱারী)

## ১। নেরেটিভ এসেঃ –

মীনকেতনগী নেরেটিভ এসেশিং অসি 'ঙাঙোয়-পরেং' (১৯৪৯), 'ভারতচন্দ্র' ( লারোল ১-৪, ১৯৫২ ) 'রামায়ণগী রারী খরা' (১৯৫২), 'মৈতৈ লাঈরোল' (১৯৫২) অসিদা মরাং কায়না য়াওবা থেংনৈ। ল্যাইরিকশিং অসিগী মমুংদা শীংথানবা য়াবদি 'ঙাঙোয়-পরেং' তনি। 'অঙোয় পরেং' মণিপুরী সাহিত্যদা ঙ্সানৌরা মহাও অমসুং অনৌবা য়াওন অমা পুরকখিবা লাইরিক্নি। 'ঙাঙোয় পরেং' থোক্লকপদগী' ঙাঙোয়-পরেং শিবা লোন' হায়দুনা অতোপ্পা লোন য়ানশিন্দবা থায়নগী অশেংবা লোন শীজিন্নদুনা ইবা ঈহৌ অসি খঙনবা হৌরকখি।

মীনকেতননা করিগীদমক মনিপুরী সাহিত্যদা 'ঙাঙোয় পরেং শিবা লোন 'হৌদোকখিবনো ? মসিগী শাংলবা রারী লিখুন অমা লৈ। খৃঃ কুঃ ১৯৩০ গী মতম্নি। মতমসিদা মহাক মণিপুর ইনস্টিট্যুশনদা ( হৌজিক্কী সিসি হায়ার সেকেন্দরী স্কুল ) ওজা ওইরি ! পরীক্ষাগী রাহং অমা শেম্মী-নরৈক্লাইগী নত্রগা নখুনগংগী মরমদা রচনা অমা ইয়ু হায়না। রাহং অসি শেম্বদা থম্মোয়দা পোকখি পোক্লফম নরৈকাই শক খঙদবা, মশক কৌবা সুকখঙ খঙদবা নংনা রাহং অসি হংভম থোকপরা, খজনি, রেংগনি করম ! সুংবংনখি থম্মোয়, ওইখি অরাবা অচৌবা অমা; হোনখি খঙহৌদে অরাবা সোর অমা ... ... ... ... মসি বিধাতাগী শাপ অমনি। 'পুন্সিগী শঙ্কুম' লারোল ১,১৯৮০ লাঃ ১৭-১৮ ) মসিদগী মরৈবাক অমসুং মমালোন সুংশিবগী রাখল অমা কাওখি। মসিগী রাখল

অসি খৃঃ কুঃ ১৯০৯ গী জানুৱারী তাং ১০ দা চপচানা মণ্ডফাউনরবা মাগী মমিং চংলবা 'নোংগুম্নকখোদা' হায়বা শৈরেং অসি 'ইমাগী খোজান্দগী, ইমাগী মরোল ইমাগী স্নুৱদা ইখিবনি। (পুন্সিগী শক্তম লায়োল অনী ১৯৮৩ লাঃ ১৪১) মতম অসি মহাক জোনস্টোন স্কুলদা ওজা ওইরি। অতৈ লোনগী মতেঙ য়াওদনা ইবা শৈরেং অসি পারুবদা কবি চাউবনা য়াম্না থাগৎখি। ৱাখল অহানবা মশিং ১৯৬৮ অশম্বা পুন্সি ৱারী শ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহ •নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ) মতম অসিৱাইদা অশেঙবা মৈতৈলোন্দা ইবা ৱারেং-শৈরেং কয়া মথং-মথং ইরকখি।

অতুনা ভাজোয়-পরেং (১৯৪৯) গী ৱাহৌদোক্তা হায়রিঃ বাংলা সংস্কৃত মৈথিলীনচিংবা লোন কয়াগী মফমদা চঙজরুরে। অত্তুবু থম্মোয়গী অস্নুবা অয়োবা অথেংবা অপানবা লোন্দি মৈতৈলোন্না ওইরম্মে। অইবনা শৈথারি :

খোল্লাল অমা ওইরমদরে শৈরেং অমা নংলমদরে
মৈতৈলোন্নি ইমাৱোল মৈতৈ ঐগী মুংশিবী ইরোল
স্নুরবা মরোল মিরবা খোঞ্জেল মুংশিরবা ছৈরোল
হায়রকই-"মৈতৈ নংনা ঐগীনি ঐদনা নংগীনি"
অহানবা ইমা লৈ কৌনখিবা নমা ঐনি মৈতৈরোল।

'ভাজোয় পরেং'দা য়াওরিবা কংলৈ লোনগী নীংথিরবা মুংশিরবা ৱারী মজা অসি (পূনম চীং, অম্রোগী মৈ, পোৎশংবম খোংনাং ভাঙোম ফুৱা, খোংনাং হোগায়বী) ইতিহাসকা শন্নবা অমসুং মরী

লৈনবা ৱারী ওইরবসু; থোদোক ৱাথোক শেংদা কল্পনাগী শরুক য়াম্না হাপচিনবনা থায়নগী অরিবা ৱারী—লেজেন্দগী (legend) শক্তম লৌরি। হৌজিক মতমগী অকাউবগী লৈরোম্নুংদা লুপপ্রবা, শুপ্নগী নীংশিংবগী মমিকাউবা লৈত্রবা, মৈভৈগী থায়নদগী লৈরক্লবা ৱারীশিংবু নৌহৌনা মায়খুম হাংদোক্লকপনি।

ইরিবা ৱারীশিং অসি পাবদা মুংঙাইহল্লি। লিরিকেল ওইবা অমসুং কল্পনা শীজিন্নবা লোন্নি। ৱারী ৱাতায় অমসুং ড্রামাটিক ওইবা মচাক য়াম্না য়াউই। মরক মরক্তা শৈরেং হাপচিল্লি। য়াম্না তেন্না ফোঙদোকপা মতাংদা লোনগী ফজবা থেংনৈ—"অপ্রো নোংমাইজিং ওংবা খুল অমনি। খুনকম অসিদা মৈফম অমা লৈ। মৈ অমা তত্তনা চাক্লি।" (অপ্রোগী মৈ, লাঃ ১৬)। মমাঙঙৈদা শাপৈ কয়া তত্তনা খোংগ্রেং হানৈ (লান শোক্লে) হায়বসি ফজবা কলপনাগী ৱাহৈসিনা তাক্লি—"কংলৈ ওংবা তুরেল অমত্তা ঙৌনা চেপ্পবা ঙয়মদে। অসুক সাধীনা পাল্লম্মী লমদম-সী।" ৱাহৈ খরতনা মীওইবা লমচৎ ফজনা য়েকপা ঙম্মী। চয়াইরোংবনা পুকচেল হোংখিবগী মতাঙদ ইরি—"মী-চয়াইরেংবনা নিংথৌ-চয়াইরোংবগী পোইরৈ ইল্লে। নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বগী ৱারক-হুইগং থাংলে। ....মশানৌ লৌশিনবা য়াম্রে, মপারী কোল্লিনবা ঙমদ্রে। মী অসি উনা উনা ঐঃ মহায়রি।" (খোংনাং হোগায়রী, লাঃ ৭৩)। অইবগী খুৎই ষ্টাইল অমনা—ৱারীগী মতাং-মতাংদা অইবা মশা চোংথোক্লক্নুনা হেক হেক ৱা ঙাঙই, ব্যাখ্যা লৌই, অক-ফত্তগী মোত্ত কয়া ফোঙদোকই।

'ভাঙ্গোয়-পরেং'গী রারী অয়াম্বা থায়নগী পুন্সি, থায়নগী ভেল্যুগা মরী লৈনবা পৌরানিক অমসুং ঐতিহাসিক কল্পনা কয়া শীজিন্নহুনা ঐখোয়গী থায়নগী মঙলান্দা চিংদুনা পুই। 'ভাঙ্গোয়-পরেং'দি লোনগী ফজবা লীলানি।

'ভারত চম্ম'দি ফিদমনিংঙাই ওইবী ভারতকী নুপীশিংগী চরিত্র খরা খঙংলগা নুপীমচাশিংগীদমক্তা চম্মা, লায়না ইবা রারীশিংনি। মসিদা য়াওরি– পদ্মিনী, লাল্বাই, সরদারবাই, চিন্তামণি, সীতা, তারা, পদ্মাবতী, ক্ষমাবতী, দময়ন্তী, দ্রৌপতী, শকুন্তলা অসিনচিংবা। চম্মা, লায়না ইবা অঙাংগী সাহিত্যগী ফজরবা খুংই অমনি। মসিদসু মীনকেতনগী মমিদি লোংপা য়াদনা অঠুম তাবা থেংনৈ। খুদম ওইনা – ",খঙজরে, মশাগী অখেংবা থৌনা পদ্মিনীগী অঙংবা থৌনাগী মফমদা মমায় থুরে; উজরে, মশাগী অমম্বা নাপন পদ্মিনীগী অঙানবা নাপনগী মফমদা মমায় থীরে; পল্লে, মশাগী ঙকচাউ থেকপা পুকচেল পদ্মিনীগী হুরক্লবা থম্মোইনা মমু য়ৈথেক্লে! অসিদগী হেন্না মায়থুবা অতে করি লৈরি!" (পদ্মিনী, লাঃ ১৫)। 'রামায়ণগী রারী খরদসু রাম চরিত্রগী মরু ওইবা লক্ষণ খরা লৌখত্তুনা ইবনি। 'মৈতৈ লাঙ্গিরোল'না লামায় অমা, অমা মখায়দা য়াম্না তেন্না ইবা মৈতৈগী লাইতিন, থাবান নুমিৎ থানচিংবগী রারী শিংবুন্নি। মপুংফাবা, মওং তানা শেম্বা রারেং পোইনা য়াওদে।

## পুন্সি-রারীঃ

পুন্সি রারীদা শরুক অনীথোক্না থায়দোকপা য়াই—১) মীগী পুন্সি-রারী মসিদা লৈরি— শ্রীবৃষচৈতন্যদেব (১৯৮৬); ২)

মশা ইজবা পুন্সি-ৱারী ( ওটোবাইয়োগ্রাফি )। মসিদা লৈরি — 'পুনশিংগী শক্তম' (লারোল অমা, ১৯৮০) অমসুং 'পুনশিংগী শক্তম' (লারোল অনী, ১৯৮৫)।

'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব' পীকতক তৌবা পন্দুপ ১৮ না শাবা, বৈষ্ণবকী লাইরিক কয়াদা য়ুমফম ওইরগা ইবা, চৈতন্যদেবগী নীংথিরবা পুন্সি-ৱারী অমনি। লাইরিক অসি চুমগী পুন্সি-ৱারী ঙাক ইবা নত্তে, বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং দর্শন অরুবা তত্ত্ব কয়া ইবা মমল য়াম্লবা ধর্ম্ম লাইরিক অমসু ওইরি। মতাঙ চানা চানা শাস্ত্র কয়াদগী লৌথোকপা শ্লোক কয়া হাপ্লি।

ইরিবা ৱারেংগী ষ্টাইল অসি মীনকেতনগী কাব্যদোনা ইবা খুংই মওং অতুনি। শৈরেংগী মহাও পীনবা ৱাহৈ পরেং অয়াম্বা ভর্ব ( ক্রিয়া ) না হৌবা য়াম্না থেংনৈ শরুক অতুনোং, চংলি অতু অথ'' পাল্লি অতুম মিংফম....লাকখি অতিথি অমা' সেয়্রে লুক' চারে শচী' অকনবা মীচৈ চংলে কীর্ত্তন কাজীগী মকান তম— অসিনচিংবা কয়া কয়া। থম্মোয় ঈহুল ফোঙদোকপা মতাং নত্তনদি খুংই অসি হনজিন হনজিন শীজিন্নবা মরম্না তম্থবা অমা পোকহল্লি। পাবা মুংঙাইরক্তবা য়াগই। অমরোমদনা, চুমগী ৱারেংদা তেম্না ফোঙদোক্তনা ইবা ৱাহৈপারেংশিংদা য়াম্না ফজবসু থেংনৈ। খুদম ওইনা— চৈতন্য ভক্ত ভকপা অঙাং ওইখি নবদ্বীপ পুম্বদা। . মশক ভক্ত মুংশিনা ফজৈ। ঙাওরে ঙাওনা বুদ্ধিদদি বৃহস্পতিনি।...অসিনচিংবা। অহানবা মাগী মুপী লক্ষ্মী শিখিবদা চৈতন্যদেবগী থম্মোয়দা ৱাখল হোংহকপা অমসুং ত্যাগকী মমি

তাখিবগী মতাঙ অদু অইবনা ফজনা ফোঙদোক্লি—"তাবগুম তৌখি পুনশি-লীলা তাংকক্'মগী অয়োইবা ফিজঙ। নোংবান্থাদা তত্তনা হেক হেক ঈহৌ ঈঙাওরুবা ভুরেন্না শরত্তা লিরি খোইরি চেল্লবগুম নিমাইগী কঙাওনবা পুনশি লক্ষ্মী লৈত্তবগা লোয়ননা লোইখিবগুম তৌখি ফাওখিবগুম তৌখি মথম্মোইদা ধর্ম্ম রাখলগী মঙাল অমা। লাক্লবরা খঙদে মশক ফোঙবা মতম। "(লাঃ ৩১)। লম্মোইনবগীদমক ময়ুম থাদোক্লনা চৎখিবগী মতাঙদা মীনকেতননা ইরি -"...শচীগী বাৎসলা প্রেম বিষ্ণুপ্রিয়াগী মধুরপ্রেম—কত্রং লংলম অনীনা ঙমলুগনি পুনবা মাবু কয়া কুই! .. অহিংদো জগৎকাদি খঙদে, নোংদম থীবী অনীগীদি অমুক ঙাল্লু তমত্রবা অহিংনি। লীরী তম্লি গঙ্গাগী নিরুদয় ঘাটনা অরাবা মপাউ। (লাঃ ৪২) ফজদবা নত্তে মাগী ৱারেং। নীংথিজৈ মাগী খুৎফোঙ-দোক। অদুবু, মক-মরাঙ হেন্না থাকপম্নু থেংনবদা নত্তে অদুনোং।

মীনকেতনগী ৱারেংগী ফজবা, চারেম্বা মশক্তি মাগী মশানা ইজবা পুনশি ৱারীদা উবা ফংই। মণিপুরী সাহিত্যদা মশানা ইজবা পুন্সি ৱারী, (অহ্নাকথা) য়াম্না তাঙনা থোক্লিবা সাহিত্যগী লৈচল অমনি। মাগী মমাঙদা "এল ইবুংঙোহলনা মাগী 'জীবন চরিত' (১৯৭২) ফোঙখি। অদুবু, সাহিত্যগী মহাও য়াওহনবা ঙমদবনা মদু অফবা অত্মাকথা ওইবা ঙমখিদে। মীনকতেনগী 'পুনশিগী শক্রম' (লারোল অমা অমসুং অনীগুবা) অসিদি সাহিত্যগী মহাও চেল্লবা, মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানবা য়ারবা দান অমা ওইরে।

অত্মাকথা ইবা হায়বসি য়াম্না লুবা কলা অমনি। ওম্থোক্লা ওবজেকটিভ ওইনা পুকচেল শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি। অইবগী পার্সোনেলিটিনা হেক হেক মরায় কাংখৎলক্লে তৌবদা নমথদুনা থম্লগা, মাগী মতম অমস্তুং পুন্সিবু মীনম্না তৌদনা, অইবগী রাখলগী মায়ওন, পুক্লিংগী ঈহৌ, পামজরিবা পুন্সিগী ফিদমশিং, পুন্সিগী মায়পাকপা অমস্তুং মায়থিবা, অফবা অমস্তুং ফত্তবা থৌদোক কয়াবু য়াম্নমক পুকচেল শেংনা পাউদমগদবনি। অসিগুম্বা গুণ অসি লৈবদগী মহাত্মা গান্ধী, নেহরু, নিরাদ সি চৌধুরি, প্রকাশ তন্দন, চর্চিল, রসেলনচিংবগী অত্মাকথাশিং অসি মমিং চৎলিবনি। অত্মাকথা ইবশিংনা মখোয়গী মতমগী সমাজ অমস্তুং পুন্সিদা থম্লিবা মীৎয়েং, মখোয়গী ইতোপ-তোপ্পা একসপিরিয়েন্স অমস্তুং মীগা মীগা লৈনবা মরীশিংবু ফজবা কলাগী মওংদা ফোঙদোক্লুনা মীয়াম্না পাবা য়াবা পোৎ অমা ওইনা পুথোক্লকপগীদমক্তা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা লৌশিন্দুনা শীংথানরিবনি। মীনকেতনগী 'পুন্সি শক্তম' অসিদসু অসিগুম্বা ফজরবা মচল থরদি উবা ফংই।

মীনকেতনগী 'পুন্সিগী শক্তম' (লারোল অমা, ১৯৮০) দা করিগীদমক মশাগী পুন্সি রারী ইরিবনো হায়বগী মতাঙদা য়াম্না ময়েক শেংনা পল্লিবা রাফমসি নৈনবদা কাম্নদগবা অমা ওইবদগী থরা শাংনা লৌথোক্লুনা উৎচরি" ... ইতিহাসদা কাম্নগদবা, তাবদা মুংঙাইগদবা, থঙবদা কাম্নগদবা, ঙাক্তনি। ... . উগনি

পটভূমিদা কাব্যসিগী জাতিগী চহী মরিক্‌পা মাপলগী পুন্সি খোঙকম বিষয়বস্তুদা জাতি ইতিহাসনা থক্তোকপিরবা, ইতিহাস মশানা খঙবফা ও খঙবিদ্রবা, করিম্নুংদা কৈদৌম্নুং খঙবিররোইদবা, জাতিনস্থ, অহুনোং থোইনা থৌশাবিদ্রবা রায়ীগী পরেং। .... রসদা য়েংঙি রাংলোই; বাদদা য়েংই তারোই; লীগনি রীতি নীতি কয়া; শকনি তত্ত্ব কয়া। ওইগনি শোয়রোই কাবা অমদি নীংথিরপ্পা, পিক্তকপা ... অমুক অমরোমদা, রারেংগা শৈরেংগা অনী পুন্না, চং তাগনি মমি হায়রপ কাব্যসিদা ঙাঙোয় তমফা অনীগী অপুনবা মনীংথি, উপাল উরী অনীগী মফজ; থোকনি ভাবুক্তা নীংথিরপপা চম্পূ কাব্য অমগুম পিক্তকপা ..। ( রাহৌ ) মথককী রাহৌ অসিদগী খঙবা ঙম্বদি মসিদা মশানা মশাব্‌ থাগৎচবা অমা য়াওরি। নাপলগী মশোং কাঙবগী মওংনি। অমরোমদা য়েংসি নেহরুনা মশাগী অত্মাকথাগী মরমদা হায়রা-‘ঐগীসি মচেৎ ওইনা তৌবা, মপুং ফাদ্রবা, মমাঙগী হৌগ্রবা থৌদোক খরা পাউদমজবনি’।

‘পুন্সিগী শকুম’গী অহানবা লায়োলনা কল্লিবা মতমসি অইবনা পোকপা খৃঃ কুঃ ১৯০৬ তগী মশাগী চহী ৫/৬ শুরকপা ফাওবগী মতম অসিনি। পম্লুপ ১৭ না শাই। পুন্না শৈরেং ২৭ য়াওই। মসিদা উংলিবা পুন্সিগী মরুওইবা থৌদোকশিংদি— অহানবা কৌরৌ মঙাল উখিবা রাংথৈগী মরমদা শৈথাবা; মণিপুর ইনস্টিট্যুশনদা ওজা ওইবগী থৌদোক; মপা পোকপা মপুবোক ফুরাহোংবগী পুন্সি, মছাক্কা খোমজোম লান্দা সুবেদার ওইনা শরুক য়াখিবা অহুগা মমৈথংদা চহী ২৫ আন্দামান্দা রানা পুন্সি লেল্লুরবা মতুংদা

মণিপুরদা খোল্লকপা শিখিবা, মাবু পোকপা মপা জিবনগী অরা পুন্সি, মহাকথক্তা য়ুন মুংখিবা: য়ুমশেংবা নুমিত্তা মমাগা মাগা য়াইস্কুলদা মধোগীদা লৈখিবা; য়াইস্কুলদা য়ুম হোংলক্লগা লেনবা পুন্সি মতেক উৎলগা লোইশিল্লি।

থোদোকশিংগী মমুংদা মপুবোক ফুরাহোংবগী রারী অসি য়াম্না নীংথিনা, মরীক চুম্না ইবা থেংনৈ। মহাক্না চহী ২৫ আন্দামান্দা লৈরুরবা মতুংদা মণিপুরদা খোল্লকপা শিখিবগী মতাঙ অসি য়াম্না ফজনা উৎলি। মহাক মশানা নুমিৎ ৫ নি শুবদা শিগনি হায় অদুগা মশামক্না লম্বোইবগী থৌরাং তৌজে। নুমিৎ শুরগা চপচানা তেংবান থাদোকখি। মতাংসিদা অইবনা হায়—"ঙকই উবদা জাতিগী অরাংবা কুষ্টী, সাধককী সাধন—মশানা খঙনা, মতম খঙনা চংপা ঙম্বা অঙকপা সাধন।" (লাঃ ৩২) মীনকেতন্না পোক্লবা মতুং শুপগী নুমিৎ ১২ দং রাংখৈদা লৈরম্বনি অদুগুম্বা মফমদুগী মরমদা মানা ইরি -"...মপা হেক হেক য়ৌরকপদা, খঙদে হেক্ত য়েংনীংঙি, লেপ্লি, য়েংঙি, পেঞ্জবদি পোক্তে থম্মোইদা খিত্তফাও। ...মাগী মতম্বাক্তা তারুমল, নুমিৎ শীংবুম তরাগা নিথোইনি লৈখিমল - লম্মন অসিমদি অস্থম তোন্দুনা চৎপা মতারে-অরাবনি।" (লাঃ ১২) য়াম্না ফজবা থুংই অমসুং মফোঙদোক অমনি। মাবু পোকপা মপা জীবননা মমান্নবা ওইনাম তোম্বী কৌবা অমগী ঠিকাদা জামিন য়ারুবদগী ঠিকা মুত্তুনা দুকান্দার অদুনা জামিন্দার ওইরিবা মপাগী য়ুমদা এজেন্সি কোর্টনা ক্রোক চঙদুনা লেজবা সম্পত্তি পুম্নমক লোয়না মংখি। পুম্নমক পুম্নং

মুংখি - লৈথা পুমতা তাখি। মরাইবক থিরবা, পুন্সিনা তাথিবিরবা মপানা ইমফালদা অমুক খোঙদাররোই খন, চাংগী লম কাংপোকপিগী পি. ডব্লিউ ডি. ডিস্পেন্সরীদা থবক মচা অমা তৌদুনা পুন্সি লেনখি। ইমুং-মচুং কায়নখি। অতোপ্পা মুপী অমা লৌদুনা লৈখি। মরাইবক থিরবা মপাগী মরমদা অইবনা হায়—"য়াইফনা পোকই ইপানা, হিংই পিদোন্না ; পিদোন্না পোকই ঐনা ঃ হিংই য়াইফনা।" মতাং কয়াদা, থৌদোক কয়াদ, মীওইবগী লাইবক, পুন্সি, তমঙমদ্রবা থৌদোক, নীতিজ্ঞানগী মরমদা ব্যাখ্যা তৌদুনা হায়। মসিদা শাস্ত্র কয়াগী শ্লোক, কবি কয়াগী শৈরেং কয়া থেংচিল্লি। ৱারেংগী লৈতেংদা শমক্রু নমদুনা মকে শেম্নবা অমসুং ফজহন্নবা কন্না হোৎনৈ।

য়াইস্কুলদা লৈরিবা মখোয়গী য়ুম-ইংখোলগী মরমদা শৈথা-রিবা অসি উবদা মীনকেতন, য়াম্না কুপশিন্না উবা ঙম্বা অমসুং কলপনাগী শক্তি লৈরবা অইবা অমনি হায়দবা ঙমদে। ইখোলদা লৈরিবা হৈখোঙ-লৈখোঙ, ষাত্তিকুপপি, মধুমালতি, মোদোল্লৈ, তাইরেল অচৌবা, পুত্রি, শুমাঙ গোবর্দ্ধন মচা অসিনচিংবা কয়া অসি য়াম্না কুপ্না থাই। মিত্তা শং-শং উহল্লি। মসিগী মথক্তা মাগী পারী পুরী, নিংথৌগী মরী-মতাগী মরমদা কুপথনা ই। মসিগী মরমদা ইবসু য়াম্না পামজবা অইবা অমনি।

'ইমুংগী লোনচৎ' হায়বা পন্দুপ অদুদা, মৈতৈ ইমুংগী য়ুম্বাল-কৈবাল, লোনচৎ ফজনা য়েকই। মসিদা লৈরিবা সংস্কৃতিগী ফজবা মশক পৃথোকই। মসিগী ফজবা মশক অসি হৌজিক মাঙখিবদা তত্তনা মুংনাংবা; মুংঙাইতবা ফোঙদোকই। 'মুংঙাইবা কুম্মৈ অমা'

হায়বা পন্দুনতনা নিংথৌমচাশিংগী কেবা চাকচা ফিদাঙবা, কোম্নুংগী লৈমশিংগী থৌগল্লোন, কোম্নুংগী পুন্সি কুপ্পা থাই। কার মৈথু থোকপা য়েংবগী থৌদোক অহ নোক্লিনা মুংঙাইহল্লি। মঙোন্দা হৌথ্রবা পুন্সিবু লাকশিন্দুনা চিংশিনবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মসিগী মথক্তা, গৌরলীলাদা 'গদাধর' শাবা, গৌরলীলা তম্বা, শান্নবা ফিজেৎ-লৈতেং কয়াগী মরমদগু কুপথনা ইবা য়াওরি চৈরাউবগী কুম্মৈ মখোয়গী মমুম মৈ চাকখিবা মতুদা মাগী শান্নপোৎ কয়া উৎ ওনখিবগী থৌদোক অহু য়াম্না ফজনা ফোঙদোকই।

পুন্সি-রারৌগা কোন্ন-কোন্ননা মীনকেতন্না লাইরিক অসিদা উংলি —খোমজোম লানগী রারী চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম মণিপুরদা লাইরিক তম্বা হৌরকপগী ইতিহাস গৌরলীলা লাকপগী রারী-রাখোঙ কয়া কয়া নেহরুগী অম্মাকথা পারগা নেহরুনা মার্ক্সবাদতা খোয়দাজবা অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা চেৎনা থাজবা লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্বগুম মীনকেতনগী 'পুন্সিগী শক্তম' অসি পারগা মঙোন্দা লৈরিবা মজাতিগী অমসুং মমালোন মুংশিবগী রাখল ওঝা অমা ওইবগী পুকচেল থায়নগী চৎনবী পুন্সি অমসুং রাখলবু কয়াদা য়ৌনা পামজবগে হায়বসি ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী। মাগী মতমগী সমাজবু অইবনা ময়েক শেংনা তাক্লি— "ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ মতমদুগী সমাজদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্কৌসি ঈকায় কায়দা অতুম লৈবনি। ...সমাজগী লোনচৎ করিমত্তা হোংদ্রি। রাখন্দা খঙদে মীৎয়েংদা খঙদে লৈত্রি করিগুম্বা অহোংবমক্তা। লেঙদ্রি থাজবা কায়দ্রি মচেৎমত্ত।" ( লাঃ ১১২-১১৩ ) অসিগুম্বা

সমাজগী চংনবীদা ভেল্যু সিষ্টেমদা চেংনা থাজবা পুক্নিং লুপচবা অইবা অমনি হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি।

পুন্সিগী শক্তম' (লারোল অমা) অসিগী ফজবা কয় য়াও-ৱবসু মুংঙাইত্তবা অমসুং অশোয়বা কয়া থেংনদবদি নত্তে। চহী ৫/৬ কী অঙাং ওইরিবৈগী মতমগী পুন্সি ইরকপা মতমদা কোম্না পানফম থোকপা ইনষ্টিটিউশনদা ওঝা ওইবগা ৱাফম হান্না ইরিবসি মথং-মনাউ শন্নবদৌনা তৌই। অদুগা মপা জীবননা নীরকপা চিটি নীংশিংবা অমসুং ভুক ভুকপা অঙকপা অমা' হায়বা পন্দুপতা অইবনা যগ শারিবৈদা মীশক অনী থেংনবগী থৌদোক অমা য়াম্না শেংনা ইরিবতু থাজবদা ৱানা থোকই। লাইরিক তম্বা তৌবকপগী মতাংদসু হনজিন্না ইবা খরা থেংনৈ। খোংজোম লান, শিক্ষাগী ইতিহাস, চন্দ্রকীর্ত্তিগী ৱারীনচিংবা ইরকপা মতমদা অইবগী পুন্সিগা শম্না, মরী লৈননা উংপা ঙমদে। তোথাংবা থৌদোক, ৱারী অমা ওইনা নপশিল্লকপদৌনা তৌই। মসি মাগী 'পুনশিগী শক্তম' লারোল অনীশুবদনা অমুক্না হেন্না য়াওবা থেংনৈ।

পন্দুপ ৮ য়াওবা, শৈরেং ৬০ গী মথক্তা হাপ্লা পুনশিগী শক্তম' (লারোল অনী, ১৯৮৩) অসিনা কোল্লিবা মতম্না মোইরাংখোম স্কুলদা উচ্চ প্রাইমারী কাবা, মশাগী চহী ৭/৮ শুবা মতম ফাউ-বনি। থোইদোক্না দরকার লৈত্তবদা, অহানবা লারোলদ পনগ্রবা পুন্সি-ৱারী ইবগী পান্দম অদু অমুক হন্না লাইরিক অসিদসু পনবা থেংনৈ। লাইরিক অসিগী অহানবা, অচৌবা পন্দুপ অহুম,

হায়বদি—১) ঐখোয় মতমগী সমাজ, ২) সমাজগী মীথিং অমসুং থাক, অমসুং ৩) সমাজগী শিক্ষা দীক্ষা হায়ৱিবা অসি অইবগী পুনশিগা শম্নবা ঙমদনা, তোখায়বা ৱারেং ওইনা তাহ্নুনা লৈরি। ৱারেং অহ্ ম অসি মনিপুরীগী সোসিয়েল হিস্ত্রিদা কান্নৱবা, মমল য়াম্লবা মচাক কয়া য়াওহ্নুনসু পুন্সি ৱারীগা মরী-লৈননা, শম্লনা উৎপা ঙমদবনা অত্মাকথা ইবগী কলাদা অচৌবা অশোয়বা অমনি হায়দবা ঙমদে। অনীশুবা লারোল অসিদা অইবগী পুন্সি-ৱারী শমথবা হৌরকপদি মরীশুবা পন্দুপকী 'ইশাগী শিক্ষা দীক্ষা' হায়বা অসিদগীনি হায়না লৌবা য়াই।

ৱাফম অসি ময়েক শেংনবা, জৱাহরলাল নেহরুনা ইবা 'এন ওটোবায়োগ্রাফি' গী মতাং অমা পনবা য়াই। অত্মাকথা অসিদা নেহরুনা 'ধর্ম্ম' কদায়বু কৌবগে ?" (what is Religion ?) হায়বদা তোখায়বা পন্দুপ অমা ইরি। মসি ধর্ম্ম'গী মরমদা নৈনহ্নুনা ইবা তোখায়বা পন্দ্ ুপ অমা নত্তে। গান্ধীনা চরা হেল্লকপা অমসুং ধর্ম্মদা চেংনা থাজরকপা, রাজনীতিদা ধর্ম্মগী ৱাখল চঙলকপা, মসিনা মরম ওইহ্নুনা নেহরুগী ৱাখল-মীৎয়েংদা ফাওরকপা ৱাখল, মাগা গান্ধীগা লৈনবা মরীনা য়ুমফম ওইরগা ধর্ম্ম'দা য়েংলকপা মীৎয়েং অহ্নু উৎপনি। অত্মাকথাদা য়াওরিবা ৱারী, থোৌদোক-ৱাথোক পুম্নমক অইবা মশাগী পুন্সিগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মরী থমগদবদনি। মিরাং কৌবা তিন্দ্ দগী মিরাং মরী পাক্লা শন্দোকখিবগুম অইবনা কেন্দ্র ওরইগা পুম্নমক্কা মরী লৈনহনগদবনি। মতৌ অসুম্না নিরাদ সি চৌধুরীগী মমিং চংলবা 'দ ওটোবায়োগ্রাফি অফ এন অননোন

ইন্দিয়ান' হায়বা অথ্যাকথা অতুদা. মাগী পুন্সিগী মরমদা ইবা হৌদ্রিভৈদা, শাংলবা পন্দুপ মরীথক 'অর্লি এনভাইরনমেন্ট' হায়তুনা ইরি অতুবু, কয়াদ৷ ফজনা অইবগী পুন্সিগা মরী লৈননা মাগী সমাজগী মশক তাকপা ঙম্লিবা ।

অতুবু মরীশুবা পন্দুপতগীদি অইবনা চহী ৫ চঙলকপা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌবা, পেটিগ্র্ স্কুলদা মিং চন্দুনা স্কুল কাবা হৌবা রারী-কয়া নীংজথিনা ইবা হৌরে । থোইদোক্লা মতমতুগী পোটিগ্র্ স্কুলগী ফিবম, ওজানা লাইরিক তম্বিবগী মওং য়াম্না ফজনা উৎলি । লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অইবনা বৃন্দাবন চৎপগী খোঙচৎ য়াম্না ফজে । চীং লম্বীগী খোঙচং, ট্রেন তোংবা, কুপ্পদা কুলচন্দ্র মহারাজগা উন্নবা, বৃন্দাবনদগী হল্লকপদা মমা লৈবাক মণিপুরবু মুংশিবগী রাখল পোক্লকপা পুম্নমক অসি কাউঙমদনা য়েক্লিবা থৌদোকশিংনি । মসিদা অইবগী হৈশিংলবা খুৎই, ফজবা কলপনা কয়া য়াওবা থেংনৈ ।

অতুগা লাইরিককী লোয়শিলকপগী শরুক্তা মহাবলী উমং, মোইরাংখোম, তাইবংজাম্বা অঙাউবা, হলংকার শান্নবা, দোল পুর্নিম, হোলি, থাবল চোংবা, উচিরা অমসুং মৈবুল য়াউশং কোবা, টাকা সনা. হুইদ্রোম অমুবী, ভদ্রসিংহ, ময়াম্বুংতোন হৈনৌ মখোঙ তাবা জর্ম'ন লান, চীংঙাখম সনাজাউবা, বয়েস্কোপ, সিনেমা চলচিচত্র অসিনচিংবা অসিগী মরমদা মতেক মতেক ওইনা ইরি । মসি অইবগা পুন্সিগা থোইনা মরী লৈনদে । থৌদোক ময়াম অসি তাকপা এনোটেশনদোনা তৌই । মসিনা অথ্যাকথা অসিগী ফজবা ময়েং তাহন্নবগী মরম ওই ।

অত্মাকথা ইবা অমা ওইনা মীনকেতনগী অচৌবা অশোয়বদি পুন্সিগা মরী লৈনহনবা ঙমদবা থোদোক কযা অমা হাপচিন্নবা হোংনবা অসিনি। মচাক ময়াম ফজনা লেংশিন্দুনা, কনাগী মওং তানবা শেম্বদা হৈশিংবা ৱাংনা থোকই। অদুবু লাইরিক অসিগী শীংথানবা য়াবা মগুণদি অনীশুবা লানজাউ মমাঙগী নিংথৌ পাল্লিবৈ মতমগী মনিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিগী ফজবা মশক অমা য়াম্না ময়েক শেংনা উংপা ঙম্বা অসিনি। মসি উংনবা হোংনবদা অইবগী থম্মোয় ঈহ্‌নুন ঈরোয়নবা কল্পনাগী ফজবা মশক উবা ফংই মাগী কুপশিন্না য়েংবা ঙম্বা অমসুং ফজবগী শাক্রোন পুথোকপা ঙম্বা শক্তি লৈ। অদুগা থায়নগী ভেলুদা চেংনা থাজবা লৈরিবা পুক্নিংগী ফিবমশিং অসি ময়েক শেংনা উংপা ঙম্মী।

## ক্রিটিকেল এসেঃ

মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপন্যাস' (খোরিরোল মুঙ্গোইবা, লারোল অহানবা, ১৯৫০) অসি মণিপুরী সাহিত্যগী থ্বাইদগী অহানবা অমসুং মওং তাবা আলোচনাগী লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা ডাঃ কমলগী 'মাধবী,' চাউবগী 'লবঙ্গলতা,' শীতলজিৎকী 'থাদোকপা,' 'ইমা' অমসুং 'রোহিনী অদুগা মুতুম কোইরেংগী কপাল, কুণ্ডলা' গী অনুবাদসু নৈনৈ। নৈনবগী মওংনা—'মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী উৎপত্তি অমসুং বিকাশ' কৌবা ৱামাংয়ানবা ৱারেং অমনা ৱাহৌদোক ওইনা থম্মি। মসিদা মণিপুরী উপন্যাসদা বাংলা উপন্যাসকী প্রভাব তারিবা অদু ময়েক শেংনা পুথোক্তুনা উৎলি। অদুগা উপন্যাস নৈনবগী মতাঙদনা কায়াৎ থরা থায়-

দোক্লগা নৈনৈ—অইবগী মশক শম্না তাকপা, ফোঙবা, মওং, উংলিবা মরুম, মীওং, লৌবা—মঙাল তাবা, মিংথোল, লোল, অমমম ওইনা চরিত্রশিং নৈনবা, অরোয়বদা অশোয়বা পুথোকপা অদুগা বিচারগী ফল হায়দোকপদৌনা রাইপরেং খরদা সাহিত্যগী থাক তাত্তই।

শ্রীমীনকেতননা উপন্যাস নৈনবদা চরিত্র মিংথোল কমস্তুং লোম্না মপুং ওইনা লৌখংলি। ডাঃ কমলগী 'মাধবী' নৈনবদা উরিরৈবু য়াম্না রাংনা থাজুংলি। মরম অদুনা উপন্যাস অসিগী মমিং 'উ রবৈ' কৌফম থোকই হায়না কন্না মোত ফোঙদোকই। চাউবগী 'লবঙ্গলতা'বু ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা য়াম্না কুপ্না নৈনবা থেংনৈ। অদুগা 'মৈতৈ উপন্যাস'কা অতোপ্পা মশক অমনা শীতল-জিংকী উপন্যাসশিংবু পাক-শন্না নৈনবগা লোয়নননা মাবু রাংনা থাঙ্গৎনবা হোৎনবা অসিনি।

মীনকেতনগী আলোচনাগী খুৎইদা হেনজিন্না হায়বা শাংনা শাংনা ইবা মওং অসি তত্তনা থেংনৈ। অইববু মশক তাকপগী মহুত্তা মশাগী মতীক মগুণ হেন্না উৎনবা হোৎনৈ। মসিগী মওং অসি "subjective violence over the artistic text" হায়বদুনি। মাগী আলোচনা য়াম্না মেকানিকেল ওই। অইবগী রাখল-মাংয়েং কলাগী ফজবা মশক artistic pleasure অদু য়ৌনা পুথোকপা রাংলি। কৃত্তিক মীনকেতনগী হান্ননা য়াওনা থম্নবা সাহিত্যগী পান্দম অমনা, হায়বদি—ফজবা নীতিজ্ঞান উৎপা ঙম্বা, অচুম্ব-অরান অফ ফত্ত তাকপা ঙম্বা খুৎই অদুতনা অফবা সাহিত্যনি

হায়বসিনা লমজিংখিছুনা মসিগী আদর্শ অসি উংপা ঙমদবা লাইরিকপু অফবা লাইরিক নত্তে হায়না লৌথি। আদর্শ ওইরবা কৃতিক্তি। আদর্শ ওইরবা থুংই, মীৎয়েং অহুবু অফবা সাহিত্যনি হায়না উৎনবা কন্না হোৎনখি। মাগী মীৎয়েংদা ওবজেকটিব ওইবা খন্না ৱাৎলবস্নু, মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপন্যাস' মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী লমজিংবা, মরু ওইবা লাইরিক অমনি।

মীনকেতনগী ৱারেং সাহিত্যগী মপুং ওইবা দানদি কাব্যগী মহাও পীবা, মাগী লোনশেম্না শাগৎপা, মাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ৱারেংগী মশক অমা শাগৎপা অসিনি। খ্বাঃ চাউবগী মতুংদা মণিপুরী ৱারেং শুবা হৈবা অইব দি মীনকেতন্নি। মানা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারেংগী মশক অনী থুদোল তৌরি—অতৈ লোন য়ানশিন্দবা অশেংবা মৈতৈলোনগী ৱারেং অহুগা অথেঙবা তাঙকক্তনা সংস্কৃত, বাংলা য়াম্লবা ৱারেংগী মশক অমা। মণিপুরী ৱারেংদা মীনকেতনগী তুং ইনবা ৱানা থোকনি। মহাক্তি মতোমতা থোকপা অয়ুক্কী শক্তিককুম্বনি।

## মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং :


১। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা, নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ভী. আই. পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৮৫ লাঃ ৯৪-৯৫

২। সাহিত্য নৈনরোল, সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং, ১৯৭৭, লাঃ ৯২-১০৪

৩। 'সাহিত্য', ৬২/৬৩ শুবা মশীং, সেপটেম্বর, ১৯৮৬ লাঃ ৪০-৪৫

৪। 'সাহিত্য', ৬৯/৭০ ওবা মশীং; ১৯৮৮, লা: ৬৩-৬৫

৫। 'History of Modern Bengali Literature' by Asit Kumar Bandopadhayay, Calcutta; 1986; 'Renaissance of Bengali Prose' (P. 47-82)

৬। 'Prose in Practice' by J. W. Johnson, 1971

৭। 'English Prose Style' by Herbert Read

৮। 'The Modern Stylists' by Donald Hall

৯। 'Romantic Poety and Prose;' Ed by Harold Bloom and Lionell Trilling, OUP; 1973.

—

# মীনকেতনগী সমালোচনা সাহিত্য

ডাঃ লোলেম নবচন্দ্র।

মনিপুরী সাহিত্যদা সমালোচনাগী মশক ঈংলকপা পংকুই কুইদ্রি। কুনশুবা চহ। চাগী অহানবা তংখায়দা মণিপুরদা চেফোঙগী ঈচেল লাকখিবা 'মৈতৈ চনু' ১৯২২, 'য়াকাইরোল' (১৯৩০) অমদি 'ললিত মঞ্জরী পত্রিকা' (১৯৩৩), নাচিংবা ফোঙবা হৌরকপদগী লমদম অসিগী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা লাক্লিবা অহোংবশিং উবা ফংখি। মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনগদবা মতম মতমগী ওইবা রাফম কয়াদা লম্লাইগী মিংয়েং উংপা রারেং কয়া থোরকখি। অফ-ফত্তা কুপশিন্না য়েংদুনা ফোংদোকপগী খুদোংচাবা অখণ্ড অহে-শিংনা লৌনবকখি। মসিনা সাহিত্যগী লমদা সমালোচনাগী লৈহাও চেলহন্নবগী মরম অমা ওইখি। তৌইগুম্বসুং সাহিত্য নৈনবগা মরী লৈননা পনবা য়াবদি খ্বাইরাকপম চাওবগী 'জ্যোতি' পত্রিকাদা ফোংখিবা 'খম্বা থোইবীগী রারী অমসুং মহাকাব্য' হায়বা রারেং অসিনি। রারেংসিদা মহাক্লা ভারতকী কাব্য শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী খম্বা থোইবীগী রারীবু নৈনবত্তা নত্তুনা মহাভারতকী অকন অথোগী চরিত্রশিংগা মৈতৈগী রারীসিগী মরুওইবা চরিত্রশিংগা চাংদম্নদুনা উৎনবা হোৎনখি। অদুবু মণিপুরী সাহিত্যদা সমালোচনাগী মউ

লীংখিবদি ডাঃ কমলগী 'মাধবী' মা লৈশাং তম্লবা মতুং চহী কুনগী মতুংদনি। মণিপুরীদা উপন্যাস মঙা ফোঙলবা মতুং ১৯৫০ দা মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপন্যাস' থোরকই। লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী খ্বাইদগী হানবা সমালোচনাগী লাইরিকনি। হীরম অসিগা মরী লৈননা নৈনরিবা লাইরিকসু অসিনি।

নোংপোক অমসুং নোংচুপকী রাখলগী ঈচেননা তিল্লবা, মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবশিংগী মমুংদা অমা ওইরিবা মীনকেতনবু মশক তাকপা তরাইবা থবক নত্তে: মরম অদুনা নীলকান্তনা মহাকপু 'পণ্ডিত, সাহিত্যিক মীনকেতন' হায়না শীংথারম্মি। মহাক্না লোলগী অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌদুনা, অনৌবা তাম কয়া পুথোক্লবা হোৎনরম্মি অমসুং লিতররি ক্রিতিসীজমবু 'থোরিরোল সুঙোইবা' কৌরম্মি। করিগুম্বা কলাগী নত্রগা সাহিত্যগী থুৎশেমবু কুপনা য়েংশিনবা অমসুং অচুম অরান খিবগী থবক সমালোচনানা তৌই। পুন্সিবু অপান্নবা য়েংলিবা নাটক, উপন্যাস নচিংবা সাহিত্যগী মচলশিংবু নৈনবতা নত্তনা মসিনা সমালোচনা মশামকপুসু নৈনৈ। মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপনাস' তা ডাঃ কলমগী 'মাধবী' (১৯৩০), চাউবগী 'লবঙ্গ লতা' (১৯৩৪), শীতলজিৎকী 'থাদোকপা' (১৯৪২), 'ইমা' (১৯৪৭), অমসুং 'রোহিনী' ১৯৪৮) উপন্যাস মঙা, মসিগা লোইননা মুতুম কোইরেংগী 'কপালকুণ্ডলা'গী অনুবাদসু য়াম্না তেন্না নৈনরি।

উপন্যাসশিং অসি নৈনবগী মওংদি অহানবদা অইবশিংগী মশক তাকই মথংদা মখোয়গী লাইরিকশিং লৌখংলি। সমালোচক অসিনা লামাই ২১৫ পানবা 'মৈতৈ উপন্যাস'কী মমুংদা উপন্যাসকার

অহুমগী খুংশেমশিং অসিবু কয়া য়াম্না শুগাইনা নৈনবগে হায়বতু য়েংশিনবা কাম্নগনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা 'মাধবী' না কল্লিবা মফমসি লামাই ২৮, 'লবঙ্গ-লতা' লাঃ ৩৬, 'থাদোকপা' লাঃ ৮৬, 'ইমা' লাঃ ৪৭, 'রোহিনী' লাঃ ৭ অমসুং 'কপালকুণ্ডলানুবাদ' লাঃ ১০ নি। মীনকেতননা উপন্যাস নৈনবদা কুপনা য়েংশিল্লিবা মচাকশিং চাউরাক্না তরেৎ থোক্না খায়দোকপা য়াই: ১) হীরম নত্রগা উৎলিবা মরম ২) হৌরকফম নত্রগা মঙাল চঙবা ৩) লোন ৪) মিংথোল ৫) চরিত্র ৬) দোষ-গুন অমসুং ৭) থাক। অদুবু খ্বাইদগী হেন্না পুক্নিং চিংশিন্নিংঙাই ওইবদি মহাক্কী মিংথোল, অমসুং চরিত্র নৈনবগী মতাংদনি হায়বা য়াই। দব্লিউ. ঐইচ. হদসন্না অফবা ওইরসু, ফত্তবা ওইরবসু উপন্যাস অমদা চঙদবা য়াদবা মচাক তরুক পীরম্মি, মতুদি: ১) প্লোত (থৌদোক ৱাথোক) ২) করেক্তর ৩) দাইলোগ (ৱারী ৱাতাই) ৪) সোসিয়েল সেতিং (মফম মতমগী মওং) ৫) স্তাইল অমসুং ৬) অইবগী মীৎয়েংনি। মিংথোল অমসুং লোলগী মরমদদি থোইনা পল্লংদে।

সমালোচক অসিনা অইবগী খুংশেমশিংদা লোন্না থ্প্না থম্লিবা ফজবা, মুংঙাইবগী ঈপোম মরক্তা অইবশিংনা তম্নিংলিবা মপাওখোল, অপাবশিংদা য়োৎহন্নবা হোৎনবদা করম্বা মঙাল পীবা ঙম্বগে হায়বতু মথংশিংনা নৈনতুনা য়েংবা য়াই।

'মাধবী' বাঙ্গলা সাহিত্যনা মণিপুরী সাহিত্যদা পীবা খুদোলনি। মরুওইনা বঙ্কিমগী অহৌবা বাঙ্গলা উপন্যাস 'দুর্গেশনন্দিনী' (১৮৬৫) অমসুং অরোইবা উপন্যাস 'সীতা রাম' (১৮৮৭)গী

মমি তাই হায়বা উৎলি। মুপীনা মপুং ওইবা মুংশি মুংওনগী ৱারীনি। মুংশিবগী খোঙকম অনী পীরি উরীরৈনা মুংশিদ মুংশিনা, অদুগা মাধবীনা মুংশিবদা মুংশিনা থাংডি। অহানবগীনা মুংশিবা মাবু তানবদা, নোংজু মুংশা খঙদে, মুপী ওইবীগী ইকাই-ইকি চঙদে, মুংঙাইবনা পোলোইনৈ। অদুগা অকোনবগীসিনা নক্লা লাক্লি, লাপথহৌই অৱাবনা পোলোইনৈ। উপন্যাস অসিগী ৱারীগী অয়াম্বা শরুক্তি উরীরৈ অমসুং বীরেনগীনি। মীনকেতনগী মীৎয়েংদা মাধবী উরীরৈগী তেংবাংবীনি। তেংবাংবী মাধবীনা মপুংওইবী উরীরৈগী নমদুনা মিংথোল ওইনিংঙাই লৈতে। মাধবী মুংশি লৌনম্বীনি। মুংশিবা লাইনা লম্মন খুম্নক্তুনা অপাম থুংনদনা নিংঙমদা মৈনা চাক্তুনা ঙাওদুনা মপান থোকপী মুপীনি। অদুগা অমরোমদা উরীরৈনা মুংশিবদা পুম্নমক কৎথোক্লবী 'মুংশিবা নংগী-দমক্তি অৱাবা কৌবা থিররোই থিদ্রবা, লাইবক থীবী ইমাগী প্রেম কক্লগে কক্লবা, নংনা মায়খুগদোবা লৈরবদা ঐ খুজরগে মীমাং থোক্লা মায়থী ফিগাউ সানা য়া, বীরেনগী মঙক্তা লৈ হুকপা শকফম্নি' (লা: ১৬)। মতৌ অসুম্না মিংথোল মুম্নবগী ৱাথোক্তা সমালোচক্লা পুখৎলক্লিবা ৱাফম, মুংশিবগী মখল মথেলগী শক্রোন য়েকপদা উৎলিবা মিংয়েং ফজ্জে হায়দবা ঙমদে।

মসিদসু নত্তনা অরোইবা শরুক্তা ফিজেৎ ওল্লবী, অদুমকপু মখুত্তা চেকশিন্না পায়রিবা লৈ পরেংবু 'অরেম্বা লৈ পরেংনিকো ঐনা হুকচনিংবা মীগী ঙকশমদা হুকপা ফংদ্রেকো' হায়না শিন্দুরকপা পীনা চোৎহল্লবী মাধবীবু সমালোচক্লা শকখঙদবদগী মশাবীবু মীচৈ

পীথ্রবী বানভট্টগী মহেশ্বতাগা চাংদম্নরি। মতৌ অস্থুম্না উরীরৈবু করিগুম্বদা কাদম্বরীগা করিগুম্বদ বঙ্কিমগী আয়েষাগা চাংদম্নবা হোৎনরি। মসিদগী খণ্ডবা ভম্বদি লমদমসিদা সমালোচনাগী ঈচেন লাকখিবগা লোয়ননা পীক্লবসু পীক্ল। মশকনাইবা অতৈ লমগী সাহিত্যগা লমদমসিগী সাহিত্যগা চাংদম্নবা (কম্প্যুরেতিভ লিত-রেচারগী, গী মমি তম্বা হৌরক্লে হায়বসিসি।

সমালোচক্লা 'মাধবী' গী লোনগী মতাংদা হায়রিরা রাফমসিদা চুংশিন্নবা য়াদবা থরমথৈ উদবা নত্তে। অহানবদা ডাঃ কমলগী মরমদা অস্থুম্না হায়ঃ মশানা নীংথিবা শকখণ্ডনা পোক্লবা রারী ইবনা লোনশক খণ্ডনা লোনফয় চানা শীজিন্নতুনা মশাগী নীংথিবা শকখণ্ডব গুন ফোঙদোকই,। (লাঃ ৫) অতুগা অকোনবদা অমুকঃ 'লোনশক লোল-লোল খণ্ডদনা শীজিন্নবনি হায়দনিংঙাই করি লৈ' (লাঃ ২০)।

চাউবগী 'লবঙ্গ-লতা' ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। সমালোচকী মীৎয়েংদা বঙ্কিমগী 'মৃনালিনী' গী মঙাল চঙই। চহী চা তরা তরুক লোইরকপদগী তরাতরেৎকী তংখায় ফাওবদা লমদমসিদা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেন্দ্রগী মতমগী থৌদোক অমদা মপান তাংহুনা শাগৎপা রারীনি। রারীগী মপুংওইবা নায়ক লবঙ্গ অমসুং নায়িকা কুঞ্জলতা দি ইতিহাসকী মীওই নত্তে, অইবনা শেম্বা মীওইনি। চাউবগী লঙ্গলতা ইতিহাস নত্তে, অদুবু ঐতিহাসিক উপন্যাসতদি লৈবাকী থোকখিবা অশেংবা থৌদোকশিংগা রারীতুদা য়াওরিবগা চুংশিন্নহনবা তাই। মসিদগী অমুক হেন্না মরুওইরিবদি মতম অদুগী চৎনবী; অমসুং স্বভাব; থাজনিংঙাই ওইবা মওংদা উৎপদনি। (হদসন ১৯৭৬: ১৬১)। মরম অসিনা মীনকেতননা ঐতি হ াসিক

উপন্যাসশিংদা মরুওইরিবা মরী লৈনরিবা মতম অতুগী চৎনবী. লোন অমসুং রাঙাং-শাঙাংগী মরমদা অশোইবা কয়া মমুৎ তানা নৈনৈ। মুংজেংবু 'ইন্দ্র সরোবর' থোংশংববু 'দ্বারি' কৌবা অমদি তরামাপনগুবা চহীচাগী লোইরকপদা থোকখিবা থৌদোকী রাবু খাগেম্বগী মতমদা হায়হনবা অসিনচিংবা মতমগা চান্নদবা 'এনাক্রোনিজম' বু নিংথিনা উংনবা হোংনৈ। অসিগুম্বা অশোইবশিং অসিনা মৈতৈগী মতমতুগী চৎনবী অমসুং পুন্সিবু লাম্না উন্নকই। মীনকেতননা চাউবগী 'লবঙ্গলতা'দা মৈতৈ কংলৈরোনগী অশেংবা থোকখিবা থৌদোক কয়াগা চুংশিন্নতুনা য়েংলকপা মীৎয়েং শীংথানিংঙাইনি।

সমালোচকনা 'মাধবী' দা মুংশিবগী খোঙফম অনী পীখিবগুম 'লবঙ্গলতা' দসু মুংশিবগী মখল অনী উৎনবা হোংনৈ। অমনা হৌমিন্নরকপনি, অতুগা অমনা নৌনা হৌদোকমিন্নবনি। অহানবগী অসিনা হেক উনবগা খঙহৌদনা পোকখিব মুংশিবনি 'অসীগুম্বা হৌমিন্নরকপা মমুংশি রাগী মতেং চঙদে। নৌনা হৌদোকমিন্নবা মমুংশিগীদি পাউপুনিঙঙাই রারোল চঙি'। (লাঃ ৪৯) 'লবঙ্গ-লতা' অনীগী মমুংশি সমালোচকনা অহানবা মমুংশিদা থমনিংই।

'মৈতৈ উপন্যাস'তা, খ্বাইদগী চাউনা মফম কল্লিবা লাইরিকতি রাজকুমার শীতলজিৎকী অহানবা উপন্যাস, 'থাদোকপ'নি। লাইরিক অসিগী সমালোচনাদা মীনকেতনগী সাহিত্যগী রাখল, অমসুং পুন্সিদা য়েংবা মীৎয়েং থরমথৈদি উবা ফংই। উপন্যাস অসিমক্তা সমালোচনাগী লাইরিক অসি পুথোররুবগী মরুওইবা থৌইনশিল পীরম্বা য়াই। কম্ম'যোগ তৌরিবা চরিত্র সদানন্দগী

য়ুক্ষমদা লীংবা উপন্যাসনি। মীনকেতনগী মতুংইন্না থাদোকপা, কর্ম্ম গীতানি। মকত্রবা তশেংবা হুণ্ডাইবা ইথৌলাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপনা মহাক্কী উদ্দেশ্যনি। (লাঃ ৬৯) হ্নাকম অসিগী মশানা তারকপা ফলদি মীনকেতননা' থাদোকপাবু উপন্যাস ওইনা উথিবা অতুক ফিলোসোফিকেল ত্রিতিজ ওইনস্থ উথি হায়না লৌবা য়াই। মরম অতুনা সদানন্দবু তাইবং লীচংকী হ্নাংমদা লৈপ্রবা মীওইওইনা উৎলকপদা সমালোচক্না থোইনা নাচুংলুদে।' সদা নং....মুখরাবু পুত্থনা চন্দ্রশেখরদা কৎলুরো। অসিনি সংসারদা লৈনা লৈনা তৌবা ত্যাগ হায়ববু' ( শীতলজিৎ, ১৯৪২:৩১ )। মসিদস্থ নত্তনা, ননাই মুখরা অসি য়ুমলৈমা ওইনা থমত্রবস্থ মীনাই শংদা থম্নবা পুগে হায়রবস্থ পুপ্রো হায়ববু করি হায়বগে, (লাঃ ৬৭) মশাগী হ্নুপীবু অতোপ্পা হ্নুপাদা পীথোক পীশিন তৌবগী চৎনবী অসি অতৈ মফমদা লৈরম্বদি য়াই। অতুবু কুনগুবা চইঁচাগী মৈতৈগী লৈবাক-মচা তারবা সমাজদদি চৎনদে। অসিগুম্বা অশোইবশিং অসিদগী সদানন্দ অশেংবা পুন্সিগী চানত্রবা কবিগী কলমতদা হিংবা ঙম্বা চরিত্র ওইখি। সমালেচকনদি সদানন্দগী চরিত্রদা শরৎচন্দ্রগী 'স্বামী' গী নায়ক ঘনশ্যামগী মমি তাই হায়খি। তোইগুম্বস্থং মীয়ামদগী হেন্দোক থোইদোকপা গুন চেন্দুনস্থ ঘনশ্যামদি মী অতুম্মক ওইরি সমাজগী চৎনবী ব্যবহার ঙাক্লি। মতুগী গুন্ন তৈনবদা সদানন্দদি মীয়ামগী চৎনবী লীপুনগী হ্নাংমদা লৈপ্রবা মীগী শক্তম লৌরকই।

মীনকেতনগী খুৎইদা মচা তানা থগুহন্নিংবদগী ওইরবস্থ নত্রগা মহাক্না হায়গদৌরিবা হ্না অতুমক্না য়াম্না শন্দোক্না তাকপা চঙলবস্থ

করিগুম্বদা ৱাকোই য়াম্না শুবগী মওংসু থেংনদবা নত্তে। 'লন মালেম পুংসিদা লৈঙোইপুংগী মুংশা তরংনি' হায়বসি অচুম্বনি উংনবা নৈনৱকপদা লামাই মঙারোমগী ললগী মৱমদা ইবা ফজরবা ৱারেং অমগুম থোকহল্লি। মতাং অমদা লামাই তরা হেন্না কম্ম' যোগকী মরমদা ইরকপদা গীতাগী ব্যাখ্যা তৌবগুম উহল্লকই।

কলাগী খুৎশেম অহুবু মায়গৈ কয়াদগী মখল মথেলগী পাম্বে শীজিন্নহুনা মশক খঙনবা হোৎনবা য়াই। সমালোচকী মথৌদি কলাগী খুৎশেমদা শিল্পী অমসুং অপাবা নত্রগা অয়েংবগী মৱক্তা লৈরিবা মরী অহু হেন্না চেৎহনবনি। অহুবু শীতলজিৎকী মতাংদদি সমালোচকনা অইবগী খুৎশেমবু কলাগী খুৎশেম অমা ওইনা কুপ্না নৈনহুনা লোত্তুনা লৈরিবা ফজবা অমসুং অশোনবা কয়া উত্তুনা অপাবশিংদা অনৌবা লমজিং পীবগী মহুত্তা বৈষ্ণব দর্শনগী তত্ত্ব নৈনবা রচনা ওইনা উহল্লকপনা সহিত্যগী ফজবা থিরিবা মীয়ামদা চোকথবা পোকহল্লি। শম্না হায়রবদা সমালোচনা অসিদা উপন্যা সকারবু অপাবশিংদা খঙহন্নবা হোৎনবদগী সমালোচক অসিগী খঙহৈবগী মতৌ অমসুং অপাম পামদা উৎনবা হোৎনবদা মীৎয়েং চংশিল্লকপগুম উহল্লকই। মসিগা লোয়নন্না মীনকেতনগী সমালোচনা দা সবজেক্তিভ ভাইওলেন্সকী অশোনবা মশক উৎলকই।

Some modern critics have revealed a tendency to commit subjective violence over an artistic text by turning it into a ground onto which they unloose their personal tastes, incli-

nations, attitudes and some times prejudice (Borev, 1985: 305).

মীনকেতননা নৈনরিবা শীতলজিংকী লাইরিক অমনা 'ইমা, নি। দেবকীনা পোকচবা কৃষ্ণবু যশোদানা য়োকপগুম্না, শক লোত্তুনা হিংবা তাৱবী থম্বালগী মচাবু রাধানা মচাশক্না নাওকোন্দনা য়োকখি। মচানা চাউরক্লভুনা লৈবাকী ৱায়েনমপু ওইরক্লবদা মী-হাৎপগী ময়াল লৈরবী মমাবু কংক্ষম থোকপা চৈরাক পীখি। মীনকেতননা প্রকৃতিগী শায়োন ওইবী, মমাগী শক্তমনা মপুং ওইবী মুপীগী শক্তম উৎপনা উপন্যাসসিগী মরু ওইবা পান্দমনি হায়রি।

'....মুপী শাগৈবু নিপা শাগৈনা তালোয় খোঙফম্নখিবগী অমম্বনা কুপখিভুনা মখোয়গী অরেপ্পা শকক্ষম কাওথোক্লরকপদগী শান্নপোৎকী পণ্ডৈখেদা থমভুনা মখোয় মশাগী অমদি মুপী শাগৈগী মাঙননবা লম্বী য়াল অকাবা লম্বী কল্লবা জগত্তা মুগীগী অরেপ্পা মমান্নবী শকক্ষম উৎপনা খোর্জেগী 'ইমা' দা মমা ওইবগী মরম্নি হায়বা ভাবোক্তা থক্তনা হাইগৎভুনা হাইক্ষেত্তা য়েংলকপদা খঙদনিংঙাই করি লৈরি?' (লাঃ ১৯৬) তৌবগীদি শীতলজিংগী 'ইমা' দা মমা ওইবগী শক্তম য়েক্লবসু উপন্যাস অসিদা মীওইবগী তৌক্ষম থোকপা (কর্ত্তব্য) অমসুং মশাগী য়েংবা ৱাখল (স্বার্থ) অনীগী অকনবা মুক্লবা অমা থম থেংনা পুখৎলক্লবা হোৎনৈ। পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীদা চৎলিবা মীওইবগী থম্মোইদি ৱাখলনা থুদম চনগদবনি তাঙনা ফংলবা মমাগী মুংশিবদগী তৌক্ষম থোকপা থৌনা হেল্লি হায়বসি উৎনবা হোৎনবা 'ইমা' গী অচৌবা পান্দম অমনি।

মিংথোলগী মরমদা মীনকেতননা ব্যাকরণগী মিৎয়েংদগী 'ইমা' গী মহুত্তা মমা হায়বনা চুমগনি হায়না পুখৎলকই। মুংগী ওইবা মুংঙাইবা পীবনা পান্দম ওইবা কলাগী শরুমদি মরুওইনা মণিপুরী সাহিত্যদদি মীয়ামনা ভাংনশরুরিবা লোনসিদগী হেন্না কুপশিনবা ব্যাকরনগী মীৎয়েংদগী ঙাকলেপ্তে অতূগা অমরোমদা মৈতৈ মচাশিংগী মফমদদি মমা হায়বসিদগী 'ইমা' হায়বনা হেন্না লুম্না অমদি মেঙনা থোকই। মসিদসু নত্তনা মসিনা অইবগী থুংলে মগী ফজবদা অপনবা করিস্নু পীদে হায়বা য়াই।

'ইমা' দা মুপীগী শরুম মম; অমা ওইনা রেকপশুম, 'রোহিনী' দা মৌপুরাগীদমক অরাবা কোঙ্গাই খাঙলবী মচেম ওইনা য়েকই; 'শম্না হায়রুরবদা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যদা 'খম্ব-থম্ন'না ...ওইবশুম অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যদা রোহিনীনা ওইরি. (লাঃ ২০৪)। অরোইবদা সমালোচকনা বোইরেংগী 'কপালকুণ্ডলানুবাদ' কী মতেক অমা লৌখত্ত্রনা নৈনরিবা শরুক্ত অনুবাদকী মরমদা ইবা ফজরবা রচনা ওইনা লৌবা য়াই

অখণ্ড অহৈশিংনা সমালোচক অমনা চেনগদবা গুণগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মত কয়ামরুম পীনৈ। মথোয়শিংঅতূগী মমুংদা নৈনগদবা হীরমতূদা খঙবা; মীচংঙ মীথায় নাইদবা, মমুং ছুম্লিন্নবা উবা ঙম্বা কলাগী মহাও য়াওনা মচা তানা ফোংদোকপা ঙম্বা অসিনচিংবা গুণশিং অসি সমালোচক অমদা চঙই। মীনকেতন মশামক কবিনি 'অথোইবা কবিতনা সমালোচক ওইফম থোকই' হায়বতু মাগী মফমদদি ওন্নবা থোকতে। উরীরৈ অমমুং মাধবীগী

মুংশি খোংফমদা সমালোচকনা অইবনা লোম্না থুপ্পা থম্ম'। মুংশিংনী মশক. নৌহৌনা পুখোরকবা হোংনরিবা, অপাংশিংদা অনৌবা মঙাল পীবনি হায়বা য়াই। মহাক্না নৈনরিবা উপন্যাসশিং অসিগী মুংদা চেল্লিবা ৱাখলগী ঈচেল উংনবা হোংনৈ। ফজবা অমদি অশোয়বা পুথোকপগা লোয়ননা সাহিত্যগী খুংশেমশিং অসিগী মমল লেপনবা হোংনৈ।

'মৈতৈ উপন্যাস' তা নৈনরিবা মৈতৈগী উপন্যাসকার অহুমসিগী মমুংদা সমালোচক্না পুক্নিংনা খোয়দারুবদগী নত্রগা অইবগা মীৎয়েং ত্তিন্নরুবদগী নত্রগা মহাক্কী সাহিত্যবু ওন্নবা পাদম অহুগী মতুংইন্না ওইরবসু রাজ কুমার শীতলজিৎকী লাইরিকশিংবু অৱাংবা থাক্তা থম্মি। মতৌ অসুম্না চাউবগী 'লবঙ্গলতা' বুসু মান্নবা থাক্তা থম্মি। অহুবু ডাঃ কমলগী মতাংদদি মীনকেতনগী ফিরেপ শেংকাত্তবগুম উহল্লি: 'মাধবীগী থাক কদাইদা লৈ'. মসিদা খুম্বা ৱারে হায়রি। 'মৈতৈ সাহিত্যগী মমুংদদি 'মাধবী' গী থাক ৱাংনা লৈ', মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওন্দা অচৌবা মফম লৈ। অহুবু খোর্জেনা দর্শনগী জ্ঞান থর ৱাংখিহুনা মুংশিবগী অশেংবা শকফম উখিদবা, ৱাহৈগী মখোঙ মুনখিদবা, অৱাংপা কয়ামুক্কী অৱাংবা সাহিত্যগী খুভমদগী থরদং নাম্থখিবনি' (লাঃ ২৭)।

মীনকেতনগী মহীয়েংদা অফবা সাহিত্যগী মগুণদি মপালগী জগৎকী মঙাল অমসুং মুংঙাইবা উত্তুনা লেংদবা জগৎকী মঙাল অমসুং মুংঙাইবা ফংহনবা 'মপালগী জগৎকী অৱাবা উত্তুনা থম্মোই থুকহনবা মুংঙাইবা থিহনবা, ... ... লেঙদবা মুংঙাইবগী

খুভমদা কাখৎনবা লম্বী উৎপা। অরাংবা সাহিত্যগী অথোইবা মশুগনি, (লাঃ ২৭)। মহাক্না অমুকস্থু মখাতানা হায়রি :

মীওইবদা অনম-অঙাল মশক তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই। শারমদা পোকপা মীওইববু লাইরম কানরম তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই। মীওইবগী মফমদা লেঙদবা মুংঙাইবগী মশক, মুংঙাইবা অহু ফংহন্নবা মরম তাক্লিবা লাইরিক অহুবু লাইরিক্ক লাইরিক কৌই অখঙ-অহৈশিংনা হায়নৈ (লাঃ ১৪৮)।

চুম্মী, পূন্সিগী অচুম্বা লম্বী তাকপা, মীওইবদা কান্নবা পীবগী ঈঙ্গিৎ, মওং অমা নত্রগা অমদা সাহিত্যদা য়াওদবা নত্তে। তৌই-গুম্বসুং মহুতনা সাহিত্যগী মশুগ লেপ্নবগী অমত্তা ঙাইরবা পাদমদি নত্তে। সাহিত্যদগী মীয়াম্না পাম্লিবদি ফজবা অমসুং মুংঙাইবনি। ফজবা অমসুং মুংঙাইবনা পীবা কান্নবনি। মরম অহুনা হদসন্না 'সাহিত্যগী অথোইবা পান্দম অমদি জ্ঞান পীরবসু, পীদ্রবসু, ফজবা মুংঙাইবা ( ইস্থিতিক সেতিসাফেকসন ) পীরগা লোইরে' হায়রম্মি ( হদসন, ১৯৭৬: ১০ )। শম্না হায়রবদা মীনকেতনগী সাহিত্যগী খোঙফমদি ফজবা থিবদগী মীওইবগী লীচৎ চাওখৎনবা লম্বী থিবরোমদা নকশিল্লি। করিগুম্বদা মোরেলিস্ট মীনকেতন্না সমা-লোচক মীনকেতনবু নমহৎলকই, মহুগী মহৈনা সমালোচক অমগী ফিরেপতা থোং মান্নদবা থোকহল্লকই।

সাহিত্যদা উৎলিবা ফিদম অসি মীনকেতননা অনী থোক্না খায়দোকই চাক্নী ঈশিংগী মী হায়বদি রিয়েলিস্টিক করেক্তরগী

মপান তাংতুনা উংপা পাউজেল, অমসুং রাথলনা শাগৎতুনা আদ'শগীদমক শেম্বা চরিত্রগী মপান তাংহ্না পীবা পাউজেল। অহানবগীসিনা মীওইবা ভৌফম থোকপা উৎপা 'লবঙ্গলতা'গী লবঙ্গ; অহুগা অকোনবগীনা 'থাদোকপ'গী সদানন্দনি হায়বা য়াই।

মৈতৈগী খুংমাবা কবিশিংদা ফাওরকখিবা রোমান্টিক স্পিরিৎ অহুগী মঙাল 'মৈতৈ উপন্যাস' তস্থ তাবা উই। রোমান্টিসীজমগী রাখল লমজিংদি কলাগী খুংশেমদা অইবগী পাসে'ানেলিতি ফোঙ-দোকপনি, সমালোচক্কী মথৌনা মহাক্কী থম্মোইদা অইবগী খুংশেমনা ফাওহল্লকপা ইহুনশিং লাচন্দুনা থম্বনি। মীনকেতনগী সমালোচনা অসি লন্নাই মিংয়েং উংপরোমদা নকাশিল্লি, মহাক্না লৌরিবা সাহিত্যগী ফিরেপ মখাতানা নৈননীংঙাই ওই। অহুম ওইনমক লাইরিক অসিনা সাহিত্য নৈনবা মীওইশিংদা অনৌবা লমজিং অমদি পীরি। মীনকেতননা মনিপুরী সাহিত্যদা পীরম্বা সমালোচনাগী খুদোল মতম চুম্প্যা লেঙদনা লৈহৌরগনি।

## Refeтeпce


১। মীনকেতন, মৈতৈ উপন্যাস, ইম্ফাল ১৯৫০।

২। জে.পী কৌশিক, ভারতীয় কাব্য শাস্ত্রকে প্রতিমান, জয়পুর ১৯৮৮।

৩। এ. দীনমনি সিংহ, মনিপূরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার, ইম্ফাল ১৯৬৯।

4. । W.H. Hudson, An Introduction to the study of Literature, Delhi 1976.

5. । R.E. Spiller (Ed.). A Time of Harvest, New York 1962.

6. । Y. Borev Aesthetics, Moscow 1985.

# অইবশিং

(১) ডা আই. আর. বাবু সিংহ (বাসি): (১৯৪১-) এম. এ. পি-ঐচ দি নি। সমালোচক, অনুবাদ অমসুং নিবন্ধকারনি। মশক নাইরবা ফোকলোরিস্ত অমসুনি। খোমজিনবা শৈরেংগী অমসুং রারেংগী লাইরিক কয়াগী সম্পাদক ওইখি। অইবসিগী মণিপুরীদা লাইরিক কয়া ফোঙথ্রে। হৌজিক মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুরী বিভাগতা প্রোফেসর ওইরি। লৈফম: কাকৈথেল, নিংথেমকোল, ইম্ফাল।

(২) ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ: (১৯৪২-) এম: এ: পি ঐচ দিনি। নিবন্ধকার, সমালোচক অমসুং জর্নেলিস্তনি। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগতা এসোসিয়েত প্রোফেসর ওইরি। খোমজিনবা রারীমচাগী অমসুং শৈরেং লাইরিকশিংগী সম্পাদক ওইখি। সাহিত্য নৈনবগী লাইরিক অনী ফোঙথ্রে। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী সভাপতি ওইরম্মী। ভারতকী সাহিত্য একাদেমীগী জেনেরেল কাউনসিলগী সদস্য ওইরি। লৈফম: কৈশামপাৎ, লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল।

(৩) শ্রীনোংথোম্বম বীরেন সিংহ: (১৯৪৫-) রারীমচা অমসুং ড্রামা ইবনি, কবিনি। গৌহাটি বিশ্ববিদালয়গী গ্রেজুয়েৎনি। লাইরিক মঙা ফোঙথ্রে। ১৯৭৩ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এরার্দ ফংখি। মহাকী 'মপাল নাইদবসিদা ঐ' হায়বা শৈরেংগী লাইরিকসিদা সাহিত্য একাদেমি এরাদ ১৯৯০ ফংই। দি এম কোলেজ ওফ আর্টসকী মণিপুরী বিভাগতা ওজা ওইরি। লৈফম: উরিপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফাল.

(৪) শ্রীগোজম জয়চন্দ্র সিংহ: (১৯৪৯) বিএ. (অনার্স) এম, এ. ইংরাজী, এম. এ. (মণিপুরী) নি। কালেজগী ওজা. মণিপুর স্টেট কলা একাদেমিগী সেক্রেটরী ওইরম্মী। জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমিগী দিরেক্তর ওইরি। অইবনি. নিবন্ধকারনি। সমালোচক অমসুং অনুবাদকনি। লৈফম: কৈশামথোং লোংজম লৈরক, ইম্ফাল।

(৫) ডা পোলেম নবচন্দ্র সিংহ : (১৯৫০-) এম. এ. পি এচ দি নি। নিবন্ধকার অমসুং সমালোচকনি। মণিপুরী বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগকী এসোসিয়েত প্রোফেসরনি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ভাইস - প্রসিদেন্ত ওইরি। লৈফম. সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল।

## অশাংবম মীনকেতনগী কোওলবা লাইরিকশিং :

১) বসন্ত শৈরেং (শৈরেং, ১৯৪৭)
২) মৈতৈ উপন্যাস (আলোচনা, ১৯৫০)
৩) মৈতৈ লোণ্ডল (ব্যাকরন, ১৯৫১)
৪) মেঘনাথ বধ কাব্য (অনুবাদ, ১৯৬৩)
৫) গীতাঞ্জলি ( " ৬৪)
৬) দি রেপ ওফ লুক্রেসি ( " ৬৫)
৭) অশৈবগী নিভাইপোদ (খণ্ড-কাব্য ৭৬)
৮) অশৈবগী জয় ভাই (শৈরেং, ৭৭)
৯) অশৈবগী শৈরোই ( " ৭৭)
১০) বিদাই আর্শীবাদ ( " ৭৯)
১১) শনরিক পরেং ( " ৮১)
১২) পুন্সিগী শক্তম ১বা, ২শুবা লারোল (১৯৮০/৮৩)
১৩) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেব (পুন্সি রারি, ১৯৮৬)
১৪) য়াচঙ শৈরোল-খন্মিন তেংথা (শৈরেং, ৯৫)
১৫) ভাঙ্গোয় পরেং (রারেং ১৯৪৯)
১৬) তোম্বু লাইজিংলেম্বী (নাটক, ৪৯)
১৭) সীতা বনবাস ( " )
[illegible] মৈতৈ লাইরোন ( রারেং, )
১৯) [illegible]ায়নগী রারী থরা ( " )
[illegible] ভার[illegible]চন্দ্র ( " ১৯৫২)
২১) ভ[illegible] লোনশিংগী মরক্তা মণিপুরীগী মফম (নৈনবা, ১৯৫৪)



## নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী
## কোঙলবা লাইরিকশিং

শারীমচা : পুন্সি মৃত্তি (খোমজিনবা) ১৯৬৪ ※
লৈচিন্নকী থাজ (অহবা : শ্রীবীরেন) ১৯৬৭ ※

শৈরেং : লাই অমগী বিন্দু (খোমজিনবা) ১৯৬৬ ※
মোনালিসা (অহবা : তোকপম ইবোমচা) ১৯৬৮ ※
অপাইসা থরায (অহবা : থাজম ইবোপিশক) ১৯৬৯ ※
রুবায়ট (ওমর খয়ামগী, হন্দোকপা ইরেং বীজয)
১৯৭০ ※
অতোপ্পা খোঞ্জেল (খোমজিনবা) ১৯৭৫,১৯৯৩
খোগংলবা লমলেম ( টি এস ইলিয়টকী হন্দোকপা
এল জয়চন্দ্র) ১৯৯৩

উপন্যাস হজ্জ (অহবা : পাচা মীতৈ) ১৯৭০ ※

ড্রামা : পোকপী (অহবা : মহাকবি অঙাংহল) ১৯৮৪
সখারাম বাইন্দর ( বিজয় তেন্দুলকারগী হন্দোকপা
এল. দামোদর) ১৯৮৬ ※

নৈনবা : মণিপুরী লোলগী বানান (খোমজিনবা) ১৯৬৭ ※
ডা কমল নৈনবা রারেং (খোমজিনবা) ১৯৮২,১৯৯২
মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা (খোমজিনবা) ১৯৮৩,
১৯৯৪
মণিপুরী সাহিত্যগী পরম্পরা (খোমজিনবা) ১৯৮৬
অঙাংহল নৈনবা রারেং (খোমজিনবা) ১৯৮৮
নরেন্দ্রজিৎ অমসুং নবদ্বীপচন্দ্র নৈনবা রারেং
(খোমজিনবা) ১৯৮৮
খাইরাকপম চাওবা নৈনবা রারেং (খোমজিনবা) ১৯৯০
কমলচন্দ্র নৈনবা রারেং (খোমজিনবা) ১৯৯২

---

※ যোমবা লৈরকবা লাইরিকশিং